# মাধুর্য্যকাদম্বিনী

মহামহোপাধ্যায় শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা
লেংবা।

মৈতৈলোনা হন্দোকচবা
শ্রীহাওবম কুলবিধু সিংহ

ফোংবা—

শ্রীমাইবম চন্দ্রহাস সিংহ

সিংজা মখক নাহৈবাকপম লৈকাই।




অহানবা ফোংবা—১৯৬১ ইং

কোপী—৫০০



মখ পূরনবা অইবগীনি　　　　মমল ৫৲৭৫

দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# থাগৎলোক

লাইরিক অসি মহামহোপাধ্যায় শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা লেংবা ভক্তিপ্রবন্ধ মৈতৈলোন্দা অনুবাদ তৌজবনি। থবক অসি পায়খচ্চবদা ইনশীনবিথিবা অমসুং মূলনিপি পীনবিন্থনা ইভেং পাংবিথিবা ইয়াম্বা শ্রীঅহঙেম যুগীনসিংহ অমসুং শ্রীপুরুষম তোম্ব-মুসিং অনিগী মফমদা মতম কুইনা লমন তোঙরবনি।

লাইরিক অসি কোঙবদা মণিপুর সরকারনা শেল থরা পাংবিবগীদমক মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগপু থন্মবাদ তৌজরি।

অরোইবদা ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস-কী মেনেজর শ্রীরাস-বিহারীসিংহ-না প্রুফ-রিদিংনচিংবদা ইভেং কয়া পাংবিবগীদমকসু ভদ্রলোক অসিবু হয়া হয়া থন্মবাদ তৌজরি। ইতি—

মেরা পূর্ণিমা, শকাব্দ ১৮৯১
তাং ২৫। ১০। ৬৯ ইং

শ্রীকুলবিধু সিংহ
এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

# মাধুর্য্যকাদম্বিনী

## প্রথমামৃত-বৃষ্টিঃ

হৃদ্বপ্রে নবভক্তিশস্যবিততেঃ সঞ্জীবনী স্বাগমারম্ভে কামতপর্ত্তুদাহদমনী বিশ্বাপগোল্লাসিনী। ভূয়াস্মে মরুশাখিনোঽপি সরসীভাবায় ভূয়াৎ প্রভুঃ শ্রীচৈতন্যকৃপা নিরঙ্কুশ মহা-মাধুর্য্যকাদম্বিনী ॥১॥

থম্মোইগী মশক ওইরবা লৌবুক্তা ( হৌরিবা ) ভক্তি মথল মাপন্নগী মশক ওইবা ( নত্রগা নৌনা হৌগৎলকলিবা ভক্তিগী মশক ওইবা ) কৌনচিংবা মহৈ মরোং খিবিক্কী মথরাই ( জীবনী শক্তি ) হাপ্লিরিবা, ইবুঙো মানা ফাওবিরকপা ( উদয় ওইরকপা ) মতুংদা কামগী মশক ওইবা ক'লেম্নাগী শারবা মৈশাবু ইংহনবিবা, তেংবানবা অপুম্বগী মশক ওইবা তুরেল খিবিকপু মবুক থহলনবিবা, শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য মহাপ্রভুগী অথিংবা লৈত্তবা ( নিরঙ্কুশ ) হায়রবদি বিধিনা থিংবা লাকপা ঙমদবা, থোইদোকপা মরম অমা লৈরুদনা হেক্তা পীরবিবা কৃপাগী মশক ওইবা মহামাধুর্য্যকাদম্বিনীনা ( ঙমৈ লৈত্তবা মাধুর্য্যগী মশক ওইবা নোংগী মপৈনা ) লাপননা লৈহনস্ত মরুভূমিদা হোবা উপাম্বীগী মশক ওইরবা ননাইবু রস চেলহনবিয়ু।

শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং পাদসেবনম্।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্॥ ভাঃ ৭।৫।২

শ্রীভগবানগী গুণ-লীলা-নামনচিংবা তাজবা, কীর্ত্তন তৌবা অমস্মুং নাম গুণ লীলা অমস্মুং রূপ স্মরণ তৌবা, চরণ সেবা তৌবা, পূজা তৌবা, খুরুমজবা, ইশাবু মনাই ওইনা শীজিন্নবা, ইবুঙো মঙোন্দা সখ্যভাব লৈবা ( ইবুঙোগী মঙ্গল ওইনবতা থনবা ) অমস্মুং আত্মসমর্পণ তৌবা—হায়রিবা ভক্তি মখল মাপল অসি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুগী কৃপাতনা কংই অমস্মুং ভক্তি অসিনা মুন্নবা মতমদা প্রেমভক্তি পোকই। বঙ্গদেশদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবগী কৃপানা মাগী পার্ষদশিংনা হায়রিবা ভক্তিগী লম্বেল অসি শেম্বীরমই। শ্রীভগবানগী কৃপ অমস্মুং মহৎকী কৃপা নত্তনদি ভক্তি ফংবা য়াদে। শাণ্ডিল্যশাস্ত্রদা হায়রি—"মহৎকৃপয়া বা ভগবৎকৃপালেশাদ্বা।" হায়রিবা কৃপাসি য়াওদনা করিগুম্বা মখলগী যোগ-তপস্যানচিংবনা শ্রীকৃষ্ণভক্তি ফংবা য়াদবা মরমনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী কৃপাবু "নিরঙ্কুশ" হায়খ্রে ॥১॥

ভক্তিঃ পূর্ব্বৈঃ শ্রিতা তান্তুরসং পশ্যেদ্ যদাপ্তধীঃ।
তং নৌমি সততং রূপনামপ্রিয়জনং হরেঃ ॥২॥

মাঙদা হৌখ্রবা মহাজন কয়ামা ভক্তি দেবীদা চংজখি; অদুবু হৌজিক অসিদা ইবুংঙো মাগী কৃপান জ্ঞান তারদুনা মীওইবনা ভক্তি অদুবু রসগী মশক ওইনা উনরবা অদুগুম্বা শ্রীহরিগী চায়রবা ( শ্রীহরিনা চান্না তৌরবা ) শ্রীরূপপু হন্না হন্না খুরুমজরি। উদ্ধব, নারদ, শ্রীশুকনচিংবা, শ্রীযমুনাচার্য্য-নাথ মুনি গোদানচিংবা মাঙদা হৌখ্রবা ভক্তশিংসু প্রেমগা লোয়ননা শ্রীভগবানগী সেবা তৌজখি।

অদুবু বঙ্গদেশগী গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগী সিদ্ধান্তগী তুংইনবা রাগনা লক্ষণ ওইবা অশেংবা রসকী মশক ওইবা ভক্তিগী মশক্তি গৌড়-ভূমিদা শ্রীমহাপ্রভুগী য়াথংনা শ্রীরূপগোস্বামিমকনা শন্দোকপিরমই। মরম অসিমক্তনা গ্রন্থকারনা ইহান হানবদা শ্রীরূপপু খুরুমজদুনা লাইরিকী মঙ্গলাচরণ তৌরি ॥১॥

ইহ খলু পরমানন্দময়াদপি পুরুষাদ্ "ব্রহ্মপুচ্ছং প্রতিষ্ঠা" (১) ইতি ব্রহ্মতোঽপি পরাৎপরো "রসো বৈসঃ। রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি" (২) ইতি শ্রুত্যা সূচ্যমানো "মল্লানামশনির্নৃণাং নরবরঃ স্ত্রীণাং স্মরো মূর্ত্তিমান্" (৩) ইতি সর্ব্ববেদান্তসারেণ নিখিলপ্রমাণচক্রবর্ত্তিনা শ্রীমদ্ভাগবতেন রসত্বেন বিব্রিয়মাণঃ "ব্রহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাহং" ইতি শ্রীগীতোপনিষদা চ এবায়মিতি সংমন্যমানঃ শ্রীব্রজরাজনন্দন এব শুদ্ধসত্ত্বময়নিজনামরূপগুণ লীলাদ্যোঽস্মা-দিবপুরেব কমপি হেতুমনপেক্ষমাণ এব স্বেচ্ছয়ৈব জন-শ্রবণনয়নমনোবুদ্ধ্যা-দীন্দ্রিয়বৃত্তিষবতরতে।

শ্রুতিতনা খ্বাইদগী অথোইবা শব্দগী প্রমাম্নি। তৈত্তিরীয় শ্রুতিদা হায়রি :— পরমানন্দ ওইরবা পুরুষ অদুমক্তদগী ব্রহ্ম পুচ্ছং প্রতিষ্ঠা হায়বদি ব্রহ্মনা মমৈনি অমসুং প্রতিষ্ঠা (স্থিতি) নি হায়বদি আশ্রয়গী মশক ওইনা 'আনন্দগী মশক ওইরবা কোষ'নচিংবা উপাধি লৌরিবা পুরুষ অদুগী প্রতিষ্ঠানি হায়বদি ব্রহ্মবু অবলম্বন তৌদুনা (ব্রহ্ম ওইদুনা) পুরুষ অদুনা লৈবনি। শ্রুতি অসিনা ব্রহ্মতত্ত্ব লেপ্লি বসিনা অমদি অতোপ্পা শ্রুতি "রসো বৈ সঃ রসং হ্যেবায়ং লব্ধানন্দী ভবতি" অসিনচিংবনা রসতত্ত্ববু ব্রহ্মদগী হেন্নংপা শ্রেষ্ঠতত্ত্ব ওইনা

(১) তৈত্তিরীয় উপনিষদ্ — আনন্দ ৫। ২। ১

(২) ,, ,, — ,, ৫। ১। ১

(৩) ভাঃ ১০। ৪৩। ১৭

মশক লেপলি। হায়রিবা পরাৎপরতত্ত্ব নত্রগা শ্রেষ্ঠতত্ত্ব অসিমক ভগবত্তত্ত্বনি। বেদান্তখিবিক্কী মচি ওইরবা প্রমাণ খিবিক্কী কোকথক্কী মণি ওইরবা শ্রীমদ্ভাগবত্ত অসিগুম্বা রসকী মশক ওইবা শ্রীভগবানবু "মল্লানা মশনির্ণাং নরবরঃ স্ত্রীণাং স্মরো মূর্ত্তিমান" * —মল্লশিংগী মকমদা বজ্রগী মশকনি, নিপাশিংগী মরক্তা নিপা অথোইবনি অমসুং নুপীশিংগী মকমদা কন্দর্পনা মুর্ত্তি ওইবনি— হায়বা রাহৈ অসিনা রসগী মশক ওইন বর্ণনা তৌত্রে। উপনিষদ্ খিবিক্কী মচি ওইরবা গীতাদসু "ব্রহ্মণোহি প্রতিষ্ঠাহং" হায়দুনা শ্রীভগবান্না "ঐ অসিমক ব্রহ্মগী প্রতিষ্ঠানি হায়বদি ব্রহ্মদুনা ঘনীভূত ওইনা ফোংদোকপনি" হায়বা য়াহৈসিনা শ্রীভগবানমকনা মশাবু

---

★ অচুম্বা অর্থগী মবমদা শ্রুতিচনা প্রমাণ্নি। তৈত্তিরীয় শ্রুতিনা হায়রিবা অন্নময়-নচিংবা কোষ খিবিক্কী মক্ত ওইবা আশ্রয় ওইরিবা পরমানন্দগী মশক ওইবা পুরুষ অড়দগী "ব্রহ্ম হায়বদুনা পুচ্ছনি অমসুং প্রতিষ্ঠান হায়বদি আনন্দময় পুরুষগীসু আশ্রয়নি" হায়বা শ্রুতিসিনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মনা হেনবগী বা ফোংদোকলী। ব্রহ্ম অড়দগীসু ব্রজেন্দ্রনন্দন্না অথোইবা তত্ত্বনি হায়বসি "রসকী মশক ওইবা ভগবানবু ফংজরস আনন্দময় পুরুষ অচুম্বু আনন্দ ওই" হায়বা শ্রুতি অসিনা তাকলি। শ্রীমদ্ভাগবতকী "মল্লানাং মশনির্ণাং ......" হায়বা শ্লোকনা ইবুঙো মাবু রসগী মশক ওইনা বর্ণনা তৌত্রে। গীতানা "ব্রহ্মণোহি প্রতিষ্ঠাহং" হায়না ব্রহ্মদগী হেল্লি হায়না লেপত্রবা তত্ত্ব খিবিক্কী অথোইবা ব্রজেন্দ্রনন্দন ইবুঙোনা অমদি নিত্যদেহ ধারী, তত্ত্বশগী মশক ওইবা, নাম গুণ রূপ অমসুং লীলানা মাগী ওইবা অচুম্বা ব্রজেন্দ্রনন্দন্না কবিগুম্না হেতু অমা চাইকবা তৌদনা ইবুঙো মানা নিংবগী মতুং ইন্না মীওইবগী মিৎ, নাকোং, মন, বুদ্ধিনচিংবা ইন্দ্রিগী থোংদা লেওশিন্দুনা চাহ্নোইবিরকই।

মশক তাক্পিখ্রে। অদুগুম্বা শ্রুতিস্মৃতিনা লেপখ্রবা স্বয়ং ভগবাম্না অশেংবা সত্তগী মশক ওইবা ইবুঙ্গো মাগী নাম রূপ গুণ অমসুং লীলানা থঙনরিবা অনাদিবিগ্রহ ওইদুনসু করিগুম্বা মরম অমবু ঙাইরুবা তৌদনা মশাগী চাংদমনিঙাই কৈত্রবা স্বকীয়া শক্তিগী মশক ওইবী ইচ্ছাদ তোংবিরগা মীওইবগী নাকোং, মিৎ, পুকনিং, বুদ্ধি অসিনচিংবা ইন্দ্রিগী লম্বীদা লেঙশিন্দুনা প্রকট ওইবি। (মরম অসিনা ভক্তশিংনা মপানগী অমসুং মনুংগী ইন্দ্রিনা ভগবানবু অনুভব তৌই। মতৌ অসুমনা ভগবাম্না ক্রুবনারদনচিংবদা কৃপা তৌবিখি।)

যথৈব যদুরঘ্বাদিবংশেষু স্বেচ্ছয়ৈব কৃষ্ণরামাদিরূপেণ। তস্য ভগবত ইব তদ্রূপায়া ভক্তেরপি স্বপ্রকাশতালক্ষণার্থমেব হেতুত্বানপেক্ষতা। তথাহি "যতো ভক্তিরধোক্ষজে অহৈতুক্যপ্রতিহতা" ইত্যাদৌ হেতুং বিনৈবাবির্ভবতীতি তত্রার্থঃ। তথৈব "যদৃচ্ছয়া মৎকথাদৌ" ( ) মদ্ভক্ত্যা যদৃচ্ছয়া" "যদৃচ্ছয়োপচিতা" ইত্যাদাবপি যদৃচ্ছয়েত্যস্য স্বাচ্ছন্দ্যেনেত্যর্থঃ। যদৃচ্ছা স্বৈরিতেত্যভিধানাৎ যদৃচ্ছয়া কেনাপি ভাগ্যোদয়েনেতি (২) ব্যাখ্যানে ভাগ্যং নাম কিং শুভকর্ম্মজন্যং বা? আদ্যে ভক্তেঃ কর্ম্মজন্যভাগ্যজন্যত্বে কর্ম্মপারতন্ত্র্যে স্বপ্রকাশতাপগমঃ। দ্বিতীয়ে ভাগ্যস্যানির্ব্বাচ্যত্বেনাজ্ঞেয়ত্বাদসিদ্ধেঃ কথং হেতুত্বম্। ভগবৎকৃপৈব হেতুরিত্যুক্তে তস্যা অপি হেতাবন্বিষ্যমানেঽনবস্থা। তৎকৃপায়া নিরুপাধিকায়া হেতুত্বে তস্যা অসার্ব্বত্রিকত্বেন তস্মিন্ ভগবতি বৈষম্যং প্রসজ্জেত।

স্বেচ্ছায়—ইবুঙো মাগী মরম্নাই ইচ্ছা মতুং ইন্না শ্রীভগবাম্না শ্রীকৃষ্ণ ওইনা যদুবংশদা অমসুং শ্রীরাম ওইনা রঘুবংশদা ইবুংঙো অচিন্ত্যশক্তি—রাখম্না লাম্বা ফংজ্রবা শক্তিনা মরম ওইদুনা

(১) ভাঃ ১।২।৮

(২) শ্রীধরস্বামীনা অসুমনা ব্যাখ্যা তৌবিখি।

ইবুংঙো মাগী ইচ্ছানা অবতার তৌবিখি। শ্রীভগবানগী ইচ্ছা নত্রগা থৌজাম্না ভক্তগী ভগবান ফংবগী হেতুনি হায়বসি মসিনা লেপপ্রে। শ্রীভগবাম্না তৌবগুমনা ইবুঙো মাগী স্বরূপশক্তি ওইরবী ভক্তি হায়বসিস্থ মরম্মাই প্রকাশ তৌজবনি—মানা প্রকাশ তৌবদা করিগুম্বা মরম অমবু ঙাইরুবা তৌদে। শক্তি অমসুং শক্তিমানগী খেন্নবা লৈতে—মরম অসিনা ভক্তি অমসুং ভগবানসু খেন্নদবনি— অতুনা ভক্তিবু "তদ্রূপ" হায়বনি। হায়বদি ভগবাম্না প্রকাশ ওইবিরকপগী নত্রগা অবতার তৌবিরকপগী করিগুম্বা মরম লৈতবা "স্বেচ্ছা"তনা ওইবা অদুম তৌনা ভক্তি দেবীস্থ মরম থোইদোকপা লৈত্রবসু মরম্মাই ইচ্ছানা মরম ওইতুনা মকম কয়াদা প্রকাশ ওই। মরম অসিনা শ্রীভাগবতা হায়রি :—

"স বৈ পুংসাং পরো ধর্ম্মো যতো ভক্তিরধোক্ষজে।
অহৈতু্যপ্রতিহতা যয়াত্মা সুপ্রসীদতি॥" ১।২।৬।

"ইন্দ্রিনা জাম্বা ফংত্রবা শ্রীভগবান্দা থোইদোকপা মরম অমা লৈতনা অমসুং য়ৈথাই খিজাইবা ভমত্রবা ভক্তিবু পোকহনবা অতুতনা খ্বাইদগী অথোইবা ধর্ম্মনি। অসিগুম্বা ভক্তি অসিতনা আত্মাবু পেহল্লি।"

হায়রিবা শ্লোক অসিদা "অহৈতুকী" হায়বসি "ভক্তি" শব্দগী বিশেষণ্নি। মসিনা ভক্তিগী কারণ লৈতবতু নিংখিনা কোংদোকলি। অতুগুমনা—

"যদৃচ্ছয়া মৎকথাদৌ জাতশ্রদ্ধাস্তু যঃ পুমান্।
ন নির্ব্বিণ্নঃ নাতিসক্তো ভক্তিযোগোঽস্য সিদ্ধিদঃ॥"

"জ্ঞানং বিশুদ্ধমাপ্নোতি মদ্ভক্তিঞ্চ যদৃচ্ছয়া।" "যদৃচ্ছয়ৈবো

পচিতা" অসিনচিংবা শ্লোক্তা য়াওরিবা 'যদৃচ্ছা" শব্দগী অর্থসি মরম্নাই ইচ্ছানা হায়বদি মানা নিংঙকপনা মরম ওইহুন হায়বা তাই। অভিধান্দা যদৃচ্ছা শব্দগী অর্থ "মশাগী ইচ্ছা" নত্রগা "মরম্নাই ওইজবা" হায়না লৈ। কনা কনাগুম্বনা মথক্তী শ্লোক্তা য়াওখিবা "যদৃচ্ছা" শব্দবু "লাইবক কবা মরমনা" হায়না অর্থ ভৌবা য়াওই। অদু ওইরবদি, লাইবক কবা (ভাগ্য) হায়বসিবু অকবা কর্ম্মগী ফলনা ওইবা ভাগ্যরা নত্রগা অকবা কর্ম্ম ভৌবা য়ানবা ভাগ্যরা? অকবা কর্ম্ম ভৌবদগী কংবা ভাগ্য ওইরবদি, ভক্তিসি অকবা কর্ম্মগী মথা পোনবা তারে অমসুং ভক্তিগী মরম্নাই প্রকাশ ওইবা ঙম্বা হায়বসি লৈতবা তারে। অদুগা অকবা কর্ম্মদগী ভাগ্য থোরকপনি হায়বসি য়াত্রবদি ভাগ্য অদু মশক খংদবা কারণ অমদগী ওইবনি হায়বা তারে। মাদুদি ভাগ্য থোরকপগী কারণ খংত্রবনা ভাগ্যসি লৈবা য়াদে। মশামক লৈবা য়াদবা (অসিদ্ধ ওইরব) অসিদা মানা অমুক অতৈ অমগী কারণ ওইরুবদি করমনা য়াগনি? শ্রীভগবানগী কৃপানা মাগী কারণ্নি হায়রুরবসু ভগবানগী কৃপাগী হেতু (মরম) থিরুবা থোকই। কারণ মথং মথং থিরুবদগী মতুনা করিগুম্বা হেতু অমা লেঙদনা লৈবা ওইদবনা মতুদা লৈতবা হায়বা দোষ অমুক লৈরে। অদুগা উপাধি য়াওদবা হেতু লৈতবা কৃপাগী ফল মক্তুনা ভক্তি থোরকই হায়রনসু হেতু লৈতবা ভগবৎ কৃপাদি মফম পুম্নমক্তা উদে—করিগুম্বা মফমদতা উবনিনা ভগবান্দা মাম্নদবা-মীচং মীথায় নাইবা দোষগী রাকম অমুক লাকই।

দুষ্টনিগ্রহেন স্বভক্তপালনরূপস্ত বৈষম্যং তত্র ন দুষণাবহং প্রত্যুত ভূষনাবহমেব। ভক্তবাৎসল্যগুণস্ত সর্ব্বচক্রবর্ত্তিত্বেন সর্ব্বোপমর্দ্দকত্বেনোপ-

ম্রিষ্টাদৃষ্টম্যামৃত্তবৃষ্টৌ ব্যাখ্যাস্যমানত্বাৎ। নিরুপাধিকায়াস্তদ্ভক্তকৃপায়া হেতুত্বে সম্ভতো ভক্তানামপি বৈষম্যানুচিতত্বেঽপি "প্রেমমৈত্রীকৃপোপেক্ষা যঃ করোতি স মধ্যেম" ( ভাঃ ১১। ৩। ৪৬ ) ইতি মধ্যমভক্তবৈষম্যস্য বিদ্যমানত্বাদ্ ভগবতশ্চ স্বভক্তবশ্যত্বেন তৎকৃপানুগামিরূপত্বে ন কিঞ্চিদসামঞ্জস্যম্।

ইবুঙো মাগী কৃপাগী করিগুম্বা কারণ অমত্ত' লৈতবা থোক-লবদি, অতুগুম্বা কৃপাতু করিগুম্বা মফমদা ওইবা করিগুম্বা মফমদনা ওইদবা করিগীনো—মসিদা ইবুঙো মাগী মীচং মীথায় নাইবা থোক-লে। তোইগুম্বস্নুং ফত্তববু লাকশিম্নবা অমস্নুং ভক্তবু য়োকখৎ-পিনবা ভগবান্না মীচং মীথায় নাইবতুদি ইবুঙোগী দোষ ওইবগী মহুত্তা মগুণ ওই। শ্রীভগবানগী ভক্তবাৎসল্য হায়বা গুণ অসিনা অতৈ গুণ খিবিকপু নম্মত্তুনা পুমনমক্কী মথক্তা ভাম্হোইরি। হৌরম অসি লাইরিক অসিগী অষ্টমী বৃষ্টিদা নৈনরকখিনি।

মহৎকৃপা নত্রগা ভক্তকৃপাবুস্নু ভক্তিগী কারন্নি হায়নৈ ভগবৎ-কৃপানা অহৈতুকী-মরম থোইদোকপা লৈতবা অমস্নুং উপাধি য়াওদবা অতুগুমনা ইবুঙো মাগী ভক্তদস্নু গুণ অতু সঞ্চার তৌবিবনা ভক্তগী কৃপাস্নু উপাধি য়াওদে অমস্নুং অহৈতুকী ওই। মরম অসিনা অসিগুম্বা অহৈতুকী ওহরবা ভক্তকৃপাবু ভক্তিগী কারন্নি হায়রিনা য়ারবদি কৃপা অসি মফম পুম্বা শীনবা থুনা লৈতবনিনা মসিদস্নু থেন্নবা মীচং মীথায় নাইবা দোষ লৈবা ভাহে। তোইগুম্বস্নুং ভগবৎকৃপাদা মীচং মীথায় নাইবা দোষ পীবা য়াদবগুমনা ভক্তকৃপা-দস্নু পীবা য়াদে, অতুমনদি ওইরবদা মধ্যম ভক্তগী লক্ষণগী মরমদা হায়রিবা "ভগবান্দা ভক্তি, ভক্তদা মরূপ ওইবা মতৌ, অপঙ্বা থঙদবা মীদা কৃপা অমস্নুং ভক্তগী য়েকনবদা থওইদবা উৎপা মাহু

মধ্যম ভক্তনি" (১) অসিগী মতুং ইন্না মধ্যম ভক্তদা মাম্নদবা মওং লৈ। অমস্তুং ভগবান্দি ভক্তকী মথাপোনবনিনা ইবুঙো মাগী কৃপান্নু ভক্তকৃপাগী তুংইনবনি—হায়রিবা যুক্তিসিগী মতুং ইন্না মধ্যম ভক্তগী কৃপা ওইরবা মতমদা ভগবানগীস্নু কৃপা ওইগদবনি—মসিদা থাকৈ-শেংবমক থোইদোকপা নাতে চাদবা উকম থোক্তে।

যতো ভক্তকৃপায়া হেতুর্ভক্তস্যৈব তস্য হৃদয়বর্ত্তিনী ভক্তিরেব। তাং বিনা কৃপোদয়সম্ভবাভাবাদিতি ভক্তেঃ স্বপ্রকাশ ত্বমেব সিদ্ধম। অতো "যঃ কেনাপ্যতিভাগ্যেন জাতশ্রদ্ধোঽস্য সেবনে" ইত্যত্র অতিভাগ্যেন শুভকর্ম্মজন্য-ভাগ্যমতিক্রান্তেন কেনাপি ভক্তকারুণ্যেনেতি তত্ত্বার্থো জ্ঞেয়ঃ। ন চ ভক্তানাং কৃপায়া প্রাথম্যাসম্ভবস্তেষামপীশ্বরপ্রের্য্যত্বাদিতি বাচ্যম। ঈশ্বরেণৈব স্বভক্ত-বশ্যতাং স্বীকুর্ব্বতা স্বকৃপাশক্তি-সম্প্রদানীকৃত-স্বভক্তেন তাদৃশস্য ভক্তোৎকর্ষস্য দানাৎ।

মরমদি, ভক্তগী থম্মোইদা লৈরিবী ভক্তি অতৃমকনা ভক্তগী মথাপোনবা ভগবানগী কৃপা পোকপগী মরু ওইবা কারণ ওই। ভক্তগী থম্মোইদা তৃংহনা লৈরিবা ভক্তিতু নত্তনা ভগবৎকৃপা উদয় ওইরকনবগী অতৈ ওইবা য়াবা মথল অতোপ্পা অমা লৈতে; মরম অসিমক্তনা ভক্তিনা নহাংমুক মপোক্কী ভাগ্যনচিংববু ঙাইদবনিনা ভক্তিনা স্বপ্রকাশ ওই—মরম্নাই প্রকাশ ওইবনি হায়বসি য়ারে। হায়বদি মথক্তা ভক্তিবু ভক্তিগী ফারম্নি হায়রবা অতুমনা মফম অসিদস্নু য়াকমতু য়ারদ্রনা ভক্তিনা প্রকাশ ওইরকপদা করিগুম্বা কারণ অমবু ঙাইফম থোক্তে হায়তুনা ভক্তিদি স্বপ্রকাশনি হায়বসি প্রমাণ ওইরে। মরম অসিমক্তনা "ভাগ্য য়ামনা নৈজরতুনা

(১) ভাঃ ১১।৩।৪৬।

ভগবানগী সেবাদা শ্রদ্ধা পোকচরবা মী অদো” হায়রিবা শ্লোক অসিদা ‘ভাগ্য য়ামনা লৈজবা’ ( অতিভাগ্য ) হায়না য়াওরিবসিগী অর্থদি—“কনাগুম্বা ভক্ত অমগী কৃপানা শুভকর্ম্মনা ওইবা ভাগ্যবু লাম্ভোকখ্রে হায়বদি কর্ম্মনা ওইরকপা ভাগ্যনা কারণ ওইদতনা ভক্তকৃপাতু মরম্নাই উদয় ওইজবনি—অসি হায়না ‘তত্ত্বগী অর্থ’ খণ্ডনগনি। অম্মুমনা হায়বা য়াই মাতুদি—ভক্তশিংদি ঈশ্বরগী মথা পোনবনি, অতুনা ঈশ্বরগী কৃপা য়াওদনা করম তৌনা ভক্তকৃপানা হাম্না কাওগদগে ? মসিগী পাউখুমদি—ঈশ্বর মশামকনা ইবুঙো মাগী ভক্তগী মথা পোল্লি হায়না স্বীকার তৌরতনা ভক্তগী মফমদা মশাগী কৃপাশক্তিতু পীনবিতনা ভক্তগী মগুণ চাউহম্লবা শীনবিবনি।

অন্তর্যামিনশ্চ ঈশিতব্যানাং স্বাদৃষ্টোপার্জ্জিত বহিরিন্দ্রিয়ব্যাপারেষু নিয়মনমাত্রকারিত্বেঽপি স্বভক্তেষু স্বপ্রসাদ এব দৃশ্যতে। যদুক্তং শ্রীগীতাসু “মৎপ্রসাদাৎ পরাং শান্তিং মৎসংস্থামধিগচ্ছতি” ইতি। প্রসাদশ্চ স্বরূপাশক্তিদানাত্মকঃ পূর্ব্বম্ উক্ত এব। কিঞ্চ “স্বেচ্ছাবতারচরিতৈঃ” ইতি “স্বেচ্ছাময়স্য” ইত্যাদি প্রমাণশতৈরবগতেন স্বাচ্ছান্দ্যেনাবতরতোঽপি তস্য ভূভারহরণাদেঃ স্বজনদৃষ্ট্যো হেতুত্বে ইব নিষ্কামকর্ম্মাদেঃ কাপি দ্বারত্বেঽপি ন ক্ষতিঃ। কিঞ্চ—“ন যোগেন সাংখ্যেন দানব্রততপোঽধ্বরৈঃ।

ব্যাখ্যাস্বাধ্যায়-সন্ন্যাসৈঃ প্রাপ্নুয়াদ্ যত্নবানপি॥” ( ভাঃ ১১ )

ইত্যাদিনা দানব্রতাদীনাং স্পষ্টমেব হেতুখণ্ডনেঽপি-“দানব্রততপোহোমজপস্বাধ্যায়-সংযমৈঃ। শ্রেয়োভির্বিবিধৈশ্চান্যৈঃ কৃষ্ণে ভক্তির্হি সাধ্যতে॥” ইতি যদ্ধেতুত্বং শ্রূয়তে তৎখলু জ্ঞানাঙ্গভূতায়াঃ সাত্ত্বিক্যা এব ভক্তের্ন তু নির্গুণায়াঃ প্রেমাঙ্গ ভূতায়াঃ। কেচিৎ তু দানং বিষ্ণুবৈষ্ণবসম্প্রদানকং ব্রতান্যেকা দশ্যাদীনি ভগবৎপ্রাপ্তিহেতুকো ভোগাদিত্যাগ ইতি সাধন-

ভক্ত্যঙ্গান্তেবাহুঃ। তৎসাধ্যত্বে ভক্তেঃ "ভক্ত্যা সঞ্জাতয়া ভক্ত্যা" ইতিবৎনির্হেতুকত্বমেবসিদ্ধমিতি সর্ব্বং সমঞ্জসম্ ॥ ৩ ॥

ভক্তশিংগী মাগী মাগী নোংদমথীবনা ( অদৃষ্টনা ) ফংলকপা মপানগী ইন্দ্রিগী থবক থৌরমদা কৃপাশক্তি ফোংদোকপদা শ্রীভগবান্না খুর্জি পায়বা শক্তিদুতা মরৈরবস্প হায়বদি—ভগবান্দগী ফংবা শক্তিহ্ন মফমচানা শীজ্ঞীম্নবগী নিয়মগী শক্তিহু ভগবান্দা লৈহনসু হায়বদি ভক্তহুনা হীরম অসিদা মনিং ভোবা ঙমত্রবসু ভক্তশিংগী মফমদা ইবুঙো মাগী থৌজাল অহুমক্তি উবা ফংই। মরম অসিদগী গীতাদা হায়রি "ঐগী ভক্তশিংনা ঐগী থৌজান্দগী ঐঙোন্দা অরেপ্পা ওইনা লৈবা অথোইবা শান্তিহু ফংজে।" মকম অসিদা থৌজাল (প্রসাদ) হায়বা শব্দনা ইবুঙো মাগী কৃপাশক্তি পীনবিবা থৌজান্দুবু খঙনগনি —মসি মথক্তস্প হায়ম্রে। মসিদসু নত্তনা অমুকসু "মনিংতম্বা লমচৎ থিবিকনা" হায়বসিদা য়াওরিবা মনিং তম্বা ( স্বেচ্ছাময় ) হায়বা অসিনচিংবা প্রমাণ চাম-চামনা খঙনরি মহুদি—ইবুঙো মাগী অবতারনচিংবা থবকসি ইবুঙো মাগী রাখম্না লাম্বা ফংত্রবা ইচ্ছাশক্তিতনা থোকহনবনি। অহুমনদি ওইরবদা ভূভার-হরমচিংববু ভগবানগী অবতারগী মরমনি হায়নবঙম নিষ্কামকর্ম্মনচিংববু ভক্তি ফংনবগী থোঙনি হায়বদা থোইদোকপা কায়দে।

"মীওইবনা ফন হোৎনহুনসু যোগ, সাংখ্য, দান, ব্রত, জপ, যজ্ঞ, শাস্ত্রব্যাখ্যা বেদপাবা, সন্ন্যাসনচিংবনসু ফংবা য়াদে" হায়রিবা শাস্ত্রবাক্যসিনঃ দান-ব্রতনচিংবনা ভক্তি ফংনবা হেতু ওইবা য়াদে হায়না থিংলবমক্তদা মফম অমদা অমুক "দান, ব্রত, তপস্যা, হোম জপ, বেদপাবা, ইন্দ্রি খুহুম চনবা অমসুং অতৈ অতৈ মথল মথা

অয়াম্বা মঙ্গলগী মশক ওইবা থবকনা শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি তৌবা ওই" হায়রি। অকোনবগী শ্লোক্তা দান ব্রতনচিংবনা ভক্তিগী সাধকনি হায়রিবসিদি জ্ঞানা অঙ্গ ওইবা স্বাত্ত্বিক ভক্তিগী য়ানি ; হায়রিবা দান ব্রতনচিংবসি প্রেমনা অঙ্গ ওইবা নির্গুণ ভক্তিগী হেতুদি ওইদে। কনা কনাগুম্বনা শ্লোক অসিদা ব্যাখ্যা তৌবদা "দান শব্দনা শ্রীবিষ্ণুদা অমসুং শ্রীবিষ্ণুগীদমক্তা দ'ন তৌবা, ব্রত শব্দনা ভক্তিগী অঙ্গ ওইবা একাদশী ব্রতনচিংবা অমসুং তপস্যা শব্দনা ভগবান কংনবগীদমক ভোগনচিংবা থাদোকপা" অসুমনা সাধনভক্তিগী অঙ্গনি হায়না হায়নৈ। হায়রিবা ভক্তিগী অঙ্গ খিবিক অসিনা ভক্তিবু সাধন তৌগদবনি হায়বনিনা "ভক্তিদগী পোকপা ভক্তিগী হেতু" হায়বা বাক্য অসিদা ভক্তি মশামকপু ভক্তিগী হেতু ওইনা হায়বা অসুমনা ভক্তিনা উদয় ওইবদা অতৈ অতোপ্পা করিগুম্বা হেতু অম' লৈতে হায়বসি খঙনখ্রবা মতমনা পূমনমক্তা ইচা চা-নয়ে॥ ৩॥

"শ্রেয়:সৃতিং ভক্তিমুদস্য তে বিভো কোবার্থ ★ আত্মোহভজতাং স্বধর্মত:" ইতি। "পুরেব ভূমন্ বহবোহপি যোগিন:" ইত্যাদিভ্যো জ্ঞান-কর্ম-যোগাদীনাং প্রতিস্বফলসিদ্ধৌ ভক্তিমবশ্যমপেক্ষমানানামিব ভক্তে: স্বীয়ফলপ্রেমসিদ্ধৌ স্বপ্নেহপি ন তত্তৎসাপেক্ষত্বম্। প্রত্যুত "ন জ্ঞানং নচ বৈরাগ্যং প্রায়: শ্রেয়ো ভবেদিহ" ইতি। "ধর্মান্ সংত্যজ্য য: সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ স চ সত্তম:" ইত্যাদিভ্যস্তস্য: সব্বধানস্থাপেক্ষিত্বং কিং বক্তব্যং তেষামেব জ্ঞানকর্ম্মযোগাদীনাং প্রাপ্তিষে,কেষু ফলেষ,পি কদাচিদাত্মনা সাধ্যমানেষু ন তত্তদ্ গন্ধাপেক্ষত্বপি।

"মঙ্গল ফংনবগী লম্বেল ওইরবা ভক্তিবু থাদোক্তুনা জ্ঞানবু ফংনবগীদমক অয়াবা থাগুলিবা ময়াইবকথীরবা মথোই অছু কৌ

★ ভা: ১০। ১৪। ৪

পাল্লখা চক্লবু হম্না হম্না য়ৈম্নবস্থ ফৌ ফংদবগুমন' অমদি অহোইনম্নম অম্নাবত্তা ফংবগুমনা মথোইচস্থ ফংই।" "মীওইথনা মশাগী ধর্ম্ম থাদোক্তুনা শ্রীহরিগী পাদপদ্মবু অস্থুম ভজন তৌজরকপদা সিদ্ধ ফংত্রি-ঙৈদা করিগুম্বা অমদগী লম্মাংনম্নবস্থ মশাগী ধর্ম্ম থাদোকপগী করি-গুম্বা দোষ লৈতে ( করিস্থ মাঙ্দে )। "মমাংঙৈদস্থ যোগী ফম্নানা ইবুঙো নংবু ফংবা ঙমদহুনা মাগী মাগী মীম্নমচৎকী চেষ্টা থিবিহু ইবুঙো মঙোন্দা সমর্পণ তৌজখি অমস্তুং মমৈদা কর্ম্মার্পন তৌজহুনা ফংজবা অমস্থং ইবুঙোগী কথা তাজবদগী পোকপা ভক্তিযোগনা মম্নম ওইহুনা আত্মতত্ত্ব খঙজরক্তুনা অথোইবা গতি ওইরবা ইবুঙো নংবু ফংজখি।" হায়রিবা শাস্ত্রগী প্রমাণশিং অসিদগী খঙলে মাহুদি :— জ্ঞান, কর্ম্ম, যোগনচিংবনা তাম্লিবা ফল ফংনিংলবদি ঙঙাইফদনা ভক্তিগী লম্বেল চৎকদবনি। ( অওইবমক্তি শ্রদ্ধানা মূল ওইবা ভক্তি নত্তনদি সিদ্ধ ফংগে তানবা সাধকমকনস্থ সাধনগী লম্বেন্দা লেঙদবা পুকচেল পোকপা ঙমদে )। তৌইগুম্বস্তুং ভক্তিদি মানা ফংগে তাম্লিবা প্রেমসিদ্ধিগীদমক জ্ঞান, যোগ নত্রগা কর্ম্মবু ঙাইগদবা লৈতে হায়বদি—তক্তুনা ভগবৎপ্রেম ফংনবগীদমক জ্ঞান, যাগযজ্ঞ, কর্ম্মগী লম্বেল অমস্তুং অষ্টাঙ্গযোগনচিংবা তৌগদবা লৈতে ; হায়বদি ভগবান্দা ভক্তি পোকচম্নবদি ভক্তিহুনা পক ওইরবা মতমদা মাহুগী ফল প্রেম ফংবা হায়বসি শোয়দ্রে। প্রেম ফংনবগীদমক অতোপ্প সাধনা অমা তৌগদবা লৈতে। অশেংবমক "স্থপনগী জ্ঞানহুনা নত্রগা বৈরাগ্যতম্না ভক্তিগী লম্বিদা করিমত্তা মঙ্গল পীবা ঙমদে।" ধর্ম্ম পুম্বা থাদোক্তুনা ঐবু ভজন তৌজরিবা মী মহাক্তনা অথোইবা সাধুনি।" "অসিনচিংবা প্রথাম্না মম্নম ওইহুনা

ভক্তি তৌবদা মরম অতৈ চঙবদি হায়রুম্ন জ্ঞান কর্ম্ম-যোগনচিংবনা ফংগে তাল্লিবা ফল অদু ভক্তিগী মতেঙনা ফংব্রনি। ভক্তিদি মানা তাল্লিবা অদু পাংথোকপদা কনাগীসু মতেঙ খজিক কাওবা চঙদে। হায়রবদি জ্ঞান-কর্ম্ম যোগনচিংবা সাধনাগী ফলসু ভক্তিনা মথোইগী মতেঙ য়াওদনা মরম্নাই পীবি।

যদুক্তম্—

"যৎ কর্ম্মভির্যৎ তপসা জ্ঞানবৈরাগ্যতশ্চ যৎ।" ইত্যাদৌ "সর্ব্বং মদ্ভক্তিযোগেন মদ্ভক্তো লভতেঽঞ্জসা" ইতি।

তাং বিনা তু তেষাং—

"ভগবদ্ভক্তিহীনস্য জাতিঃ শাস্ত্রং জপস্তপঃ।

অপ্রাণস্যেব দেহস্য মণ্ডনং লোকরঞ্জনম্॥" (১)

ইত্যাদের্বৈফল্যায়ৈব স্যাদিতি। তস্যাঃ পরমমহত্যা অধীনত্বং তেষাং সংপ্রাণায়ৈবাস্তাম্। অপি তু কর্ম্মযোগস্য কালদেশপাত্র দ্রব্যানুষ্ঠান-শুদ্ধ্যপেক্ষা চ তত্তৎস্মৃতি প্রসিদ্ধৈব।

অস্যাস্তু ন তথা—

"ন দেশনিয়মস্তত্র ন কালনিয়মস্তথা।

নোচ্ছিষ্টাদৌ নিষেধোঽস্তি হরের্নামনি লুব্ধক॥ (২) ইত্যাদেঃ।

কিঞ্চাস্যাঃ প্রসিদ্ধসাপেক্ষত্বমপি ন।

"সকৃদপি পরিগীতং শ্রদ্ধয়া হেলয়া বা

ভৃগুবর নরমাত্রং তারয়েৎ কৃষ্ণনাম॥ (৩) ইত্যাদেঃ।

মরম অসিমক্তনা শাস্ত্রদা হায়রি, "যাগযজ্ঞনচিংবা কর্ম্মনা, ব্রতনচিংবা তপস্যানা অমদি জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্যনা ফংবা ফল

(১) হরিভক্তি সুধোদয় ৩।১১। (২) বিষ্ণুধর্ম্মোত্তর (ক্ষত্র-বন্ধু উপাখ্যান)। (৩) পদাবলী (শ্রীবাসাপাদানাং)।

খিবিক অহু ভক্তি যোগ মতোমতনা ইন্না রাদনা ফংই।" তৌই-গুম্বস্নং ভক্তি য়াওদনা ফল খিবিক্ত কংবা থোকলবদি করম তৌই হায়রবগী মরীদা শাস্ত্রনা হায়রি, "মীনা য়েংবা মুংঙাইনবগীদমক থম্নাই য়াওদবা হকচাংদা ফীজেৎ লৈতেংবিবদা ক'ম্নদবা অহুগুমনা ভগবদ্ভক্তি য়াওদবা মীগী অচৌবা শাগে, জ্ঞান ( শাস্ত্রগী তপস্যা ) অমস্নং জপ অহু করিমতা কাম্নদে। হকচাংনা থম্নাইগী মথা পোনবগুম জপ তপ তপস্যানচিংবসি অথোইবা গুন্না লৈতেংলবী ভক্তিদেবীগী মথা পোনবনি। অসিদস্নু নত্তনা কর্ম্ম যোগ হায়রবদি যাগ-যজ্ঞনচিংবা তৌবদা দেশ, কাল, পাত্র, পোৎচং, নিয়ম, অশেং-অমাংনচিংবা য়েংগদবনি; হায়রবদি শাস্ত্রগী মতম মতুং ইন্না দেশ কালগী চৎনবিদা কায়রবদি কর্ম্মনা নিংজবা ফল পীদে—হায়রবসি কর্ম্মগী নিয়ম হোৌদোকলিবা স্মৃতিহুমক্তা হায়রিবনি। তৌইগুম্বস্নং ভক্তিগী মরীদদি অসিগুম্বা নিয়ম লৈতে। মরম অসিমক্তনা শাস্ত্রদা হায়রি, "হে ভক্তিবু পামজরিবা! মসিদা হায়বদি নামকীর্ত্তন্নচিংবা ভক্তি অঙ্গ তৌবদা দেশ-কালগী য়া চঙদে; অমদি হরিনাম শোনবদা লুখাক হামদোক্তবা ( হকচাং শেংদবা ) মতম ফাওবদা থিংবা লৈতে।" ভক্তি তৌবদা করিগুম্বা নিয়ম-বিধান য়েঙ্গদবা লৈতে। মরম অসিমক্তনা শাস্ত্রদা হায়রি, "হে ভৃগুশাগৈগী অথোইবা! শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ওইরবস্নু নত্রগা হেলা তৌহ্নুনা ওইরবস্নু অমুক্তংদং শোঙ্গক্রুরবদি শ্রীকৃষ্ণগী নামনা মী অহুবু হেক্তা লানবিরে।"

কর্ম্মযোগস্ত তথাভূতত্বে মহানর্থকারিত্বমেব। "মন্ত্রহীনঃ স্বরতো বর্ণতো বা মিথ্যা প্রযুক্তো ন তমর্থমাহ। যথেন্দ্রশত্রুঃ স্বরতোঽপরাধাৎ স বাগবজ্রো যজমানং হি হিনস্তি॥" ইত্যাদেঃ। এবং জ্ঞানস্যান্তঃকরণশুদ্ধ্য-

ধীনত্বং প্রসিদ্ধমেব। নিষ্ফল কর্ম্মযোগেনান্তঃকরণস্য শুদ্ধৌ নিষ্পাদিতায়ামেব তত্র তস্য প্রবেশাৎ কর্ম্মাধীনত্বঞ্চ। তদধিকৃতস্য দৈবাৎ দুরাচারত্বলবেঽপি "স বৈ বাস্তাশুপত্রপ:" ইতি নিন্দা। কংসহিরণ্যকশিপুরাবণাদীনাং তত্তৎপ্রকরণদৃষ্ট্যা জ্ঞানাভ্যাসবত্তামপি ন ভবেন ব্যপদেশলবোঽপি। ভক্তেস্তু বিক্রীড়িতং ব্রজবধূভি:" ইত্যাদি—

"ভক্তিং পরাং ভগবতিপ্রতিলভ্য কামং

হৃদ্রোগমাশ্বপহিনোত্যচিরেণ ধীর:॥" ( ভা: ১০। ৩৩। ৩৯ )

কর্ম্মযোগগীদি মথক্তা হায়রিবা বিধিনিষেধনচিংবা লৈবনিনা মতৃদা অকায়বা থোকলগা য়ামনা অমাঙবা থোকই। মরম অসিমক্তনা শাস্ত্রদা হায়রি, "যজ্ঞনচিংবদা মন্ত্রগী অৱাংবা ( উদাত্ত ), ময়ায় ওইবা ( অনুদাত্ত ) অমদি অনেম্বা ( স্বরিত ) উচ্চারণ্দা লাল্লবদি নন্ত্রগা ময়েক শোয়রবদি অতুগুম্বা ৱাহৈগী মশক ওইবা বজ্রতুনা যজমানগী সর্ব্বনাশ ওই। ত্বষ্টা হায়বা ঋষিনা হে "ইন্দ্র শত্রু" নহাকনা চাওখৎলকপা ওইসনু হায়তুনা যজ্ঞদা আহুতি পিখি। মানা নিংলিবদি ইন্দ্রগী য়েকনবা ( শত্রু ) হায়নিংবনি, অতুবু উচ্চারণ শোয়খিবনা ইন্দ্রনা মাগী য়েকনবা ওইবা হায়বা অর্থ থোকখ্রে। মাতুনা মরম ওইতুনা যজ্ঞ অতুদগী পোকপা বৃত্রাসুর হায়বতু ইন্দ্রনা হাৎখি।" মফম অসিদা যজ্ঞনা নিংজবা থুংব্রা হায়ববু মাঙন-তাকনবগী মশক ওইরে। কর্ম্মযোগ হায়বসি দেশকাল-পাত্রনচিংবগী মথা পোনবা অতুগুমনা, জ্ঞানচিংবা সাধনসু মনুংগী ইন্দ্রি হায়বদি পুকনিং ( মন ), লৌশিং ( বুদ্ধি ) অমসুং থম্মোই ( চিত্ত ) গী শুদ্ধি ওইরবদি থম্মোইদা জ্ঞান হায়বতু বিকাশ ওই—অতুনদি জ্ঞানসু হায়রিবা ফল-পাম্বা য়াওদবা কর্ম্মগী মথা

পোনবা হায়বত্থ থোকলে। জ্ঞানযোগ সাধনা তৌবা জ্ঞানী খুত্থম চন্নবা মীত্থনা লাইগী নোংদমদগী থজিক্তুং নত্তবা হেক চৎলুবদা মাবু "ইকাইবা খঙত্রবা মীনা ওথোকপা চাত্থন হিংব।" হায়না শাস্ত্রদা নিন্দা তৌনরি। কংস হিরণ্যকশিপু, রাবণ থোইসি জ্ঞানবান ওইত্থনসু মথোইবু নিন্দা তৌনরিবসিনদি জ্ঞান অভ্যাস তৌবশিংনা নত্তবা মচেৎ অমা ফাওবা তৌবা য়াদে হায়বসি প্রমাণ ওইরে। ভক্তিমার্গদা থম্মোইগী লাঈনা হায়বদি কাম-নচিংবা দোষ পকলিবা অধিকারীদসু অথোইবী ( পরমা—গুণ খিবিকনা চংবা গুমদবী ) ভক্তিদেবীনা লেংশিনবি, মমৈদা পরমস্বতন্ত্রা ওইরবী হায়বদি বিধিনিষেধ খিবক্কী রাংমদা মনিং তমলবী ভক্তিদেবীনা কাম-নচিংবত্থবু তাম্থোকপি। মরম অসিনা শাস্ত্রনচিংবদা হায়রি, "মক্কম খুদিং শীনবা থুংন লৈরবা ভগবান্ন ব্রজবধুশিংগা লোয়নননা রাস-নচিংবা শান্নবিরিবত্থবু শ্রদ্ধাগা লোয়নননা তাজরবা নত্রগা শোজরবা মী অত্থ ভগবান্দা অথোইবা ভক্তি ফংজত্থনা থীন্দনা ধীর ( পুকনিং তপ্পা ) হায়বত্থ ওইত্থনা থম্মোইগী লাঈনাগী মশক ওইবা কামবু য়ামনা থুনা থাদোকই।"

ইত্যত্র 'ক্ত্বা' প্রত্যয়েন হৃদ্রোগবত্ত্যোধিকারিণি পরমায়া অপি তস্যাঃ প্রথমমেব প্রবেশস্তস্তস্যৈব পরমস্বতন্ত্রয়া কামাদীনামপগমশ্চ। তেষাং কদাচিৎ সত্ত্বেঽপি—"অপি চেৎ সুদুরাচারো ভজতে মাম্" (১) ইতি "বাধ্যমানোঽপিমদ্ভক্তঃ" ইত্যাদিভ্যশ্চ তদ্বতাং ন কাপি শাস্ত্রেষু নিন্দালেশোঽপি। অজামিলস্য ভক্তত্বং বিষ্ণুদূতৈর্নিরূপিতম্। "সঙ্কেত ভগবন্নাম পুত্রস্নেহানুষঙ্গজমিত্যাদ দৃষ্ট্যা তদাভাসবতামপ্যজামিলাদীনাং ভক্তেত্বং

(১) গীতা ৯। ৩০—৩১

সর্ব্বৈঃ সর্বাত্তমেব। তদেবং কর্ম্মযোগাদীনামন্তঃকরণশুদ্ধিদ্রব্যদেশশুদ্ধ্যাদয়ঃ সাধকাস্তদ্বৈগুণ্যাদয়ো বাধকা ভক্তিস্তু প্রাণদায়িন্যেবেতি। সর্ব্বথা পারতন্ত্র্যমেব তেষাম্। নহি স্বতন্ত্রাঃ কেনাপি সাধ্যন্তে বাধ্যন্তে বেতি। কিঞ্চ জ্ঞানৈকমাত্রত্বং ভক্তেস্বিতাভ্যেরেবোচ্যতে যতো জ্ঞানসাধ্যান্মোক্ষাদপি তস্যাঃ পরমোৎকর্ষ এবালোচ্যতে।

মফম অসিদা "ভক্তি ফংজহুনা" হায়বা অসমাপিকা ক্রিয়াসিনা হায়দি কাম-নচিংবা লৈনা লৈনা ভক্তি ফংব', মতুংদা কাম-নচিংববু থাদোকপগী য়া হায়রি। কাম-নচিংবা লৈহুনস্থ শাস্ত্রনচিংবদা নত্তবা চৎপা মীহস্থ "পুকচেল অনি লোত্তদনা ঐবু সেবা তৌজরবদি" সাধু ওইরকই। "ঐগী ভক্তনা কাম নচিংবগী মথ পোল্লবস্থ" হায়বা প্রমাণ অসি লৈবনা মখোইহু ভক্তি মার্গদা চংবা য়ারে হায়না লেপপ্রে, অহু-গুম্বা ভক্তত্ববু শাস্ত্রনচিংবদা করিস্থ নিন্দা তৌদে। অজামিলবু ভক্তনি হায়না বিষ্ণুগী দূতশিংনা লেপখি। "মচাবু সুংশিবতনা মরম ওইহুনা নারায়ণ কৌবা মচাগী মমিং কৌরুবদা মচাগী মমিং অহুনা মরম ওইহুনা ভগবানগী নাম শোনখি" হায়হুনা অজামিল ব্রাহ্মণা ভক্ত ওইখিবহু খ্বাইনা কীর্ত্তন তৌনরি। মরম অসিনা সিদ্ধান্ত অসি ফংলে মাহুদি—কর্ম্মযোগনচিংবগী থম্মোই শুদ্ধি ওইবা, দ্রব্য-দেশ শুদ্ধি অসিনচিংবসিনা পাংথোকনব প্যাঙ্বেনি অহুগা মখোই অসি লৈত্রগনা অথিংবা ওই; হায়বদি দেশ-কাল-পাত্রনচিংবা শুদ্ধ ওইবনা যাগ যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মযোগদা মপুং ফাবা সিদ্ধি পি অমস্তুং থম্মোই শুদ্ধ ওইরবদি জ্ঞানযোগ সিদ্ধ ওই তৌইগুম্বস্থং ভক্তি য়াওদ্রবদি মখোই অসি ফায়দবনিনা ভক্তিতনা মখোইগী মথরাই হাপ্প। কর্ম্ম-জ্ঞান যোগনচিংবসি মওং পূমনমক্তা ভক্তিগী মথা পোনবনি। মখোইদি

স্বতন্ত্র—মনিং তস্বা নত্তে। মরমদি কর্ম্মযোগ জ্ঞানযোগ হায়বসিদি করিগুম্বা থরনা সাধ্য নত্রগা বাধ্য ওইরি—হায়বদি করি করিগুম্বা থোইদোকপা সাধনানা মরম ওইত্নুনা সিদ্ধি ফংই অমস্তুং করি করিগুম্বা তৌহৈদবা থরনা সিদ্ধি ফংবদা অপনবা পি। অতুবু অপঙবশিংনদি জ্ঞাস্তনা ভক্তিগী সাধকনি হায়রি। মসিদি খণ্ডদবগী য়ানি; মরমদি জ্ঞানা তান্নিবা মোক্ষ অতুমক্তগীসু ভক্তিনা হেন্নি হায়বসি শাস্ত্রদা নিংথিনা নৈনখ্রবনি।

"মুক্তিং দদাতি কর্হিচিৎ স্ম ন ভক্তিযোগম্" ইতি "মুক্তানামপি সিদ্ধানাং নারায়ণপরায়ণঃ। সুদুর্লভো প্রশান্তাত্মা কোটিষ্বপি মহামুনে॥" (১) ইত্যাদিভ্যঃ। ইত্থমেব প্রধানীকৃত্য স্বয়ং গুণীভবতোপেন্দ্রেন তংসর্ব্বথা পুরুতা স্বরূপানুভবমেব যথাভিজ্ঞজনেষু প্রত্যাখ্যাতে নতু স্বাপবর্গত্বমেব জ্ঞানং পুরুত্যাস্তত্বং প্রকরণবাক্যেষু তস্যা ভক্তেরনুগ্রহ এব সুধীভিরনুগম্যতে ইতি। "ভক্ত্যা সঞ্জাতয়া ভক্ত্যা" ইতি ভক্তেঃ ফলং প্রেমরূপা নৈবেতি স্বয়ং পুরুষার্থ মৌলিরূপত্বং তস্যাঃ। তদেবং ভগবতে ইব স্বরূপভূতায়া মহাশক্তেঃ সর্ব্বব্যাপকত্বং সর্ব্ববশীকারিত্বং সর্ব্বসঞ্জীবকত্বং সর্ব্বোৎকর্ষপরমবাতম্ব্যং স্বপ্রকাশত্বঞ্চ কিঞ্চিদুট্টঙ্কিতং তদপি তাংবিনা অন্যত্র প্রবৃত্তৌ প্রেক্ষাবত্তাভাব ইতিকিংবক্তব্যম্। নরবত্তাপি "কোবৈ ন সেবেত বিনা নরেন্তরম্" ইত্যাদিভিরবগম্যো দৃষ্টঃ॥ ৪॥

থুদমদি:—"ইবুঙো মানা মুক্তিদমক পীবি, ভক্তিদি পীবিদে।" "হে মহামুনি! সিদ্ধমুক্ত ওইরবশিং কোটি কোটিগী মনুংদা পুকচেল চাউরবা শ্রীনারায়ণদা মায় ওনশিনবা ভক্তদি থোইদোকনা অতাঙবনি।" বামণ ওইনা অবতার তৌবিরিবা ভগবানা ইবুঙো মাঙোন্দা গুণ থিবিকনা নৈতেংলবসু ইন্দ্রগী মথা থাবা উপেন্দ্র

ওইবিত্থনা ইন্দ্রবু মওং পূমনমক্তা চাউহনবত্থনা অখঙবা মীগী মকমদা ইবুঙো মাগী থোইদোকনা লৌজাল হৈবা মতৌ অত্থ উৎপিরি, মাত্থনা হম্ববা ভাবকী প্রেমান্দি করিস্ত ওইদে। অত্থুগুমলত্থনা জ্ঞান মপূং ওইবা শাস্ত্রগী রাদা ভক্তিবু জ্ঞানগী অঙ্গ ওইনা লোংদোকলম্ব-ত্থদা খঙ্গদবদি—মশানা স্বতন্ত্র মনিংতম্বা অমস্তুং ঙমদবা লৈতবা হায়বত্থ ওইত্থনস্থ ভক্তিদেবীনা জ্ঞানবু শোগৎনবগীদমক সত্ত্বগুণ লৌবিত্থনা জ্ঞানগী অঙ্গ ওইত্থনা জ্ঞানবু চাউহনবনি হায়বসিনি। "ভক্তিনা পোকহনবা ভক্তিগী হেতু" হায়বা শাস্ত্রবাক্য অসিদগী ভক্তিগী ফলস্থ প্রেমগী মশক ওইবী ভক্তিনি হায়না খঙ্গনি। মরমদি —ভক্তিদেবী মশামক মখল মথা অয়াম্বা পুরুষার্থগী কোকথকী লৈতেংনি। মরম অসিনা শ্রীভগবানমক্তুমনা ইবুঙো মাগী স্বরূপ ওইরবী মহাশক্তি ভক্তিদেবীসি মফম পুমনমক শীনবা থুংনা লৈবীনি, পূমনমকপু থুত্থম চনবীনি, পূম্নমক্কী থরাই হাপ্পা ঙম্বীনি, খ্বাইদগী হেনবীনি, থোইদোকনা মনিং ভম্বীনি অমস্তুং মশা মতোমতনা ঙ'ন-বীনি হায়বসি খজিক্তমক উৎলি অত্থনা শেংনা খঙলে মাত্থদি —ভক্তি হায়বসি য়াওত্রবদি করিগুম্ব হৌরমদা, করিগুম্বা অমা ফংগে হায়ন সাধন তৌবদা পামজরিবত্থ উবফাওবা ফংদে হায়বসিদি পল্লুবগী কায়ত্রে। হায়বদি অতৈ মওং অমগী সাধনাগী লম্বেল চৎলবদা লেঙদবা ভক্তিবু য়াওত্রবদি সিদ্ধি ফংদে হায়বসি উৎলি। অত্থনা ভক্তিনা খ্বাইদগী হেল্লবনিনা মাবু ফংনবা হোৎনবনা পুন্জিগী অমত্তা ঙায়রবা পান্দমফম ওইবা হৌনরে। ভক্তি ফংনবা হোৎনবনা পুন্জিগী পান্দমফম ওইত্রিবা মীদো সংশাস্ত্র নৈনত্রিবা মীনি, মাগী বুদ্ধিহ পক ওইত্রিবনি। মঙোন্দদি মীওইবগী ভাবস্থ মপূং ফানা

কোংদোক্লি বনি। মরম অসিনা শাস্ত্রনা হায়রি "ভগবানবু অতোনবা মী হায়বা জীবত্থ নত্তনা অতৈ কনানা ভজন তৌদবা য়াওবগে?" মরম অসিনা মীওইবগী ধর্ম্ম মপূং ফারবা মীদদি ভক্তি হায়বসি মশানা তাক্তরবা ওইনা হৌনরম পোংনি হায়বসি চুমলবনি ॥ ৪ ॥

মতাং অসিদা মাধুর্য্যকাদম্বিনীগী ভক্তিগী সর্ব্বোৎকর্ষ কৌবা প্রথমামৃত বৃষ্টি লোইরে ॥

# দ্বিতীয়ামৃত বৃষ্টিঃ

অথাত্র মাধুর্য্যকাদম্বিন্যাং দ্বৈতাদ্বৈতবাদবিবাদয়োর্নাবকাশঃ ইতি কৈশ্চিদপেক্ষণীয়াশ্চেদৈশ্বর্য্যকাদম্বিন্যাং দৃশ্যতাং নাম ॥ ১ ॥ ইদানীং করণকেদারেষু প্রাদুর্ভবন্ত্যাস্তস্যা এব ভক্তের্জ্ঞানকর্ম্মাদ্যমিশ্রিতত্বেন শুদ্ধায়াঃ কল্পবল্ল্যা অপি নিরস্তানুকূল্যাভিসন্ধি ভয়ৈব ধৃত ব্রতৈর্মধুব্রতৈরিব ভক্তজনৈরাশ্রয়মানায়াঃ স্ববিষয়ৈকানুকূল্যমূল প্রাণায়াঃ স্বস্পর্শেন স্পর্শমণেরিব করণবৃত্তিরপি প্রাকৃতত্বলোহতাং শনৈস্ত্যাজয়িত্বা চিন্ময়ত্বশুদ্ধ জাম্বুনদতাং প্রাপয়ন্ত্যাঃ কল্পবল্লীভাবাস্তে সমুদ্গচ্ছন্ত্যাঃ সাধনাভিধ্যেয়ে পত্রিকে বিব্রিয়েতে।

মাধুর্য্যকাদম্বিনীদা দ্বৈত অদ্বৈতগী বাদ বিবাদগী মফম লৈতে, হায়বদি মসিদা নৈনরিবা হীরমসিদা দ্বৈত-অদ্বৈতগী হীরম নৈনবা দরকার ওইদে হায়না গ্রন্থকারনা থম্লি; হীরম অসোমদা পাম্বিরবদি ঐশ্বর্য্যকাদম্বিনী কৌবা লাইরিক্তা য়েংবিগনি ॥ ১ ॥

জ্ঞান-কর্ম্মনচিংবা য়াওদ্রবা ভক্তিবু শুদ্ধা ভক্তি কৌব্রে। *

ভক্তি অসিদি কল্পলতাগা অন্নানি। মাদি নিত্যনি, অতুগা মাগী হৌকম লৈতে, মাগুবা লৈতে। তৌবদি ইন্দ্রিগী মশক ওইবা ক্ষেত্রদা কাওরক্লুনা ভগাবানবু নত্তুনা অতৈ মখল খিবিকী কল পাম্মুদ্রবা হায়বা ব্রত চৎচরিবা তেংবানবগী ভক্ত খোইমুশিংগী চংজু-ক্কম ওইদুনা ভগবানগ মরী লৈনবদা চ-নবা থবক পাংথোকনবগী মরা ওইবা প্রাণ ধারন তৌবিদুনা স্পর্শমণিগী মতৌগুমনা মানা হেক শোকপদা ইন্দ্রিগী মরমচংকী হৌনবী য়োংকুম্বা মতৌদু মথং মথং থাদোকহন্দুনা চিন্ময় ওইবা অশেংবা সনাগী মতৌ ওলহনবিদুনা ময়োল ওইবা ভাব, মথংদা স'ধম্বা ওইহল্লকপা মনা (পত্র) অনিথক চোংহল্লকই।

★ ভক্তিরসামৃত'সঙ্গু বিন্দুদা শুদ্ধাভক্তিগী লক্ষণ হায়খ্রে :—
অন্যাভিলাষিতা শূন্যং জ্ঞানকর্ম্মাদ্যনাবৃতম্।
আনুকূল্যেন কৃষ্ণানুশীলনং ভক্তিরুত্তমা॥

অতোপ্পা অমা পামজক্লবা লৈতনা জ্ঞানকর্ম্মনচিংবা য়াওদনা শ্রীকৃষ্ণগী মরীদা চংশিল্লদুনা পুকনিং হকচাং য়াহৈনা তৌজরিবা খিবিক্তু ভক্তি কৌই। 'অনুশীলন' শব্দগী অর্থদি—প্রবৃত্তি মপান থোংগী কায়িক সেবা, পূজা, নাম শোনবনচিংবা) অমসুং নিবৃত্তি (ইন্দ্রি খুত্থম চন্দুনা ভোগনচিংবা থাদোক্লুনা ভগবান্দা ঐকান্তিক ওইনবা হোৎনবা) অনিমক্কী পুকনিং-হকচাং য়াহৈনা তৌরিবা চেষ্টা খিবিক। শ্রীকৃষ্ণগী মরীদা চংশিল্লবা হায়রিবা অনুশীলন অসি অতোপ্পা অমা পামজক্লবা লৈতনা জ্ঞানকর্ম্মনচিংবা য়াওক্লবা মতমদা শুদ্ধা নত্রগা উত্তমা ভক্তি কৌই।।

তয়োঃ প্রথমা ক্লেশঘ্নী দ্বিতীয়া শুভদেতি। দ্বয়োরপি তয়োস্তত্ত

লোভপ্রবর্ত্তকত্বলক্ষণচৈকত্বেন "যেষামহং প্রিয় আত্মাসুতশ্চ" (১) ইত্যাদি শুদ্ধসম্বন্ধস্নিগ্ধতয়া চ প্রাপ্তোৎকর্ষে দেশে রাগনায়ো মার্গস্য এবাধিকারঃ। বহিস্তু "তস্মাদ্ভারত সর্ব্বাত্মা" (২) ইত্যাদি শাস্ত্রপ্রবর্ত্তকত্বলক্ষণ পারুষ্যা-ভাসেন। প্রায়াদিশুদ্ধসম্বন্ধাভাবাৎ স্বত এবাতিস্নিগ্ধতানুদয়েন পূর্ব্বতঃ কিঞ্চিদ-পকৃষ্টেদেশে বৈধনাম্নোঽপরস্তস্যাজ্ঞঃ। ক্লেশঘ্নত্বশুভদত্বাভ্যাস্তু প্রায়স্তয়োর্ন কোঽপি বিশেষঃ ॥ ২ ॥

( মথক্তা 'চিন্ময়' ওইবা ভক্তগী ইন্দ্রি হায়বগী মরমদা—শ্রুতিনা হায়রি, "পুকনিং ( মন ) না থনবা ঙমদবা, মন অদুবু মানা পাম্বা মতুং ইমা শেম্বিরিবা অদুমক ব্রহ্মনি"... অদুনদি ব্রহ্ম-চৈতন্যগা খেন্নত্রব অমদি অথোইবদগী অথোইবা ওইরবা ভগবত্তত্ত্ব হায়বসি মপান্থোংগী থ্বাইগী ইন্দ্রিসিনা উবা ঙম্ব নত্তে, তোইগুম্বমুং অথোই-বদগী অথোইব শ্রীভগবান্দা ভক্তি পোকচরবদি মাদুগী ফলনা মন নচিংবা ইন্দ্রিশিং অসি থোৎখোৎপা তম্ভাব ( ভগবান্দ লুপথিদুনা মামক্তগী মওং ) ওইগ্রে। অদুনা ভক্তগী দেহ-ইন্দ্রিনচিংববু ভক্তি শাস্ত্রদা অপ্রাকৃত নত্রগা চিন্ময় কৌখ্রে )।

মনা ( পত্র ) অনিদুগী অহানবদু ক্লেশঘ্না ( অরাবা মাঙহনবা ) অনিশুবদুবু শুভদা ( মঙ্গল পীনবা ) কৌই। পত্র অনিসিগী মহুংগী শরুক্তা লোভদগী পোকপা লক্ষণগা নিংথিজবনা—"ঐ অসি মথোই-দুগী চাম্ববনি, আত্মানি, মচানি" হায়বা শ্লোক অসিনা তাকলিবা শেংলবা সম্বন্ধদগী পোকপা মহাঁচেল্লবা ভাব অসিনা য়োনা ফহনখ্রবা মফমদুদা রাগ কৌবা নিংথৌগী লেফমনি। হায়বদি মহৌশানা ভক্তনা ভগবানগী মফমদা থোইদোকপা মশাগী ওইজবা য়েংদনা

(১) ভা: ৩। ২৫। ৩৮। ভা: ২। ১। ৬

চংজখিচুনা দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং কান্তা রসগী প্রেমগী মওং ওইরবী রাগভক্তি কংই। মতুনা পত্র অনিচুগী মপানগী শরুক্তা "মরম অসিমকুনা কিদবা হায়বচু কংনিংলবা মীনা পূমনমক্কী আত্মা ওইরবা ভগবানবু উপাসনা তৌজগনি" হায়বা শ্লোক অসিনা তাকলিবা শাস্ত্রনা তাকপা লক্ষম্না মরম ওইবা শাস্ত্রগী শাসন ভাকপা নিপাথোকপা মতৌ লৈবগুম তৌবা, 'চান্নবা' ওইবনচিংবা অশেংবা সম্বন্ধ য়াওদবনা মহৌশানা ভক্তিগী মহী চেনবা মতৌচু য়াওদবনা মথক্কী অসিদগী খরা হন্থনা মকমদা বৈধ কৌবা অতৌপ্পা নিংথৌ অমগী অধিকার লৈ। হায়বদি শাস্ত্রগী শাসন্দগী পোকপা ভগবান্দা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান্না মপূং ওইবা বৈধী-ভক্তি পোকই। গ্রন্থকারনা ভক্তি-রসামৃতসিন্ধু বিন্দুদা হায়খ্রে—"শাস্ত্রগী চৈরাক কিবদগী কনাগুম্বনা ভগবানগী নাম শ্রবণ কীর্ত্তনচিংবা তৌরবদি. মাচুবু বৈধী-ভক্তি কৌই।" তৌইগুম্বসুং ভক্তি মথল অ নসিমক্কী 'অরাবা মাঙহনবা' অমসুং 'মঙ্গল পীনবা' হায়বা গুণ অসিদি অথোই অহেন নাইদে হায়বদি ভক্তি মথল অনিসিমক অরাবা মাঙহনবা অমসুং মঙ্গল পীনবা ওমই ॥ ২ ॥

তত্রাবিদ্যাস্মিতারাগদ্বেষাভিনিবেশাঃ পঞ্চ ক্লেশাঃ (১)। প্রারব্ধাপ্রারব্ধ রূঢ়বীজপাপাদয়স্তন্ময়া এব। শুভানি দুর্বিষয়বৈতৃষ্ণ্যভগবদ্বিষয়সতৃষ্ণ্যানুকূল্য কৃপাক্ষমাসত্যসারল্যশাম্য-ধৈর্য্যগাম্ভীর্য্য-মানদত্বামানিত্বসর্ব্বসুভগত্বাদয়ো গুণাশ্চ "সর্ব্বৈগুণৈস্তত্র সমাসতে সুরাঃ" (২) ইত্যাদিদৃষ্ট্যা জ্ঞেয়াঃ ॥ ৩ ॥

অবিদ্যা ( তমঃ, মোহ মহামোহ তামিস্র অমসুং অন্ধতামিস্র কৌবা ব্রহ্মদগী পোকপা অঙকপা মরম ৫ ) অস্মিতা ( অহংজ্ঞান—সাংখ্যমতা ভগবানগা খেন্নদে হায়বা অভিমান ), রাগ ( অপাম্বা )

দ্বেষ ( পামদবা ) অমসুং অভিনিবেশ ( অরিবা ) হৌরিবা হায়বনি। থাক্লেংবসক্তি অরাবা মথল ৫ সি অবিদ্যা প্রভোমকী ভোজ্ঞান ভোগনবা মওংনি। প্রারব্ধ অমসি নহাক্কী ম্রপোক্তী ফল ওইরা, অপ্রারব্ধ, রূঢ় ( বীজদগী পোকপা ) অমসুং বীজ হায়বা পাপ মথল ৪ সিসু অরাবা ( ক্লেশ ) হায়বসিনী মসুং চল্লি। ( ভক্তিরসামৃত— সিন্ধুদা প্রারব্ধ, অপ্রারব্ধ, কূট, বীজ কৌবা পাপ মথল ৪ বী রা রাওই )। জগত পূমনমক্কী পেমবা ভৌবা, থরাই পানবা পূমনমক্কী মথা পোল্লি হায়না মশানা য়াবা, অরাবা পোকহন্দবা বিষয়বু পাম- দব', ভগবদ্বিষয়দা পামশিনবা, শ্রীকৃষ্ণদা অনুকূল ওইবা, কৃপা, ক্ষমা ( ভাকপি হৈবা ), সত্য ( অচুবা ), সারল্য ( পুকচেল শেংবা ), সাম ( পূমনমকপু মাৱনা উবা ), ধৈর্য্য ( অথাঙ কনবা ), গাম্ভীর্য্য ( চৌথলবা ), মানদত্ব ( মান ভাকপা ), অমানিত্ব ( অভিমান লৈতবা ) অমসুং সর্ব্বসৌভাগ্য অদিনচিংবা গুণবু শুরু কৌই— মরমদি শাস্ত্রনসু হায়রি —"মাইশিংনা গুণ থিবিক্তা লোয়ননা ভক্তদা লৈবি।" মরম অসিনা ভক্ত হায়বসি হাক্সিবা অকনা গুণ শিবিকে- সিনা লৈতেংই ॥ ৩ ॥

(১) মহর্ষি পতঞ্জলিনী যোগদর্শনগী সাধনপাদগী অহুমশুবা সূত্রদা হায়রি—"অবিদ্যাঽস্মিতারাগদ্বেষাভিনিবেশাঃ পঞ্চক্লেশাঃ"। অবিদ্যাগী মরম মথল ৫ সি লৈরৱবদা কর্ম ভৌরদা নত্রগা ভৌরবা চংলিনবগী মরম থোকই অমসুং মাতুগী মতৌ৷ ধর্ম, অধর্ম নত্রগা পাপ পুণ্যগী মথক ওইবা অদৃষ্ট ( পাপ পুণ্যগী ফল লৈবিরবা ) গী ফল ঙাকনা মরাবা চুবাইবা ভোগ ভৌহল্লি। মহর্ষি পতঞ্জলিনা অবিদ্যাগী মরুপ শীরুপবু উৎলি। অনিত্যবু নিত্যনি, শেংদবা ( অশুচি ) বু অশেংবনি, দুখবু সুখাইবনি অমসুং

"ভক্তিঃ পরেশানুভবো বিরক্তিরন্যত্র চৈষত্রিক এককালঃ" ইত্যুক্ত-প্রকারেণ যুগপদপি প্রবৃত্তয়োরপি তয়োঃ পত্রিকয়োরুদ্গমতারতম্যেনৈব তত্তদন্তনিবৃত্তিতত্তপ্রবৃত্তিতারতম্যাদত্যেব ক্রমঃ। স চাতিসূক্ষ্মো দুর্লক্ষ্যো-ঽপি তত্তৎকার্য্যদর্শনলিঙ্গেন সুধীভিরবসীয়তে ॥ ৪ ॥

তত্র ভক্ত্যধিকারিনঃ প্রথমং শ্রদ্ধা। (১) সা চ তত্তচ্ছাস্ত্রার্থে দৃঢ়-প্রত্যয়ময়ী। প্রক্রম্যমানষষ্ঠৈকনিদানরূপতত্ত্বষয়কবৈব নির্ব্বাহস্বরূপসাদর-স্পৃহা চ। সা চ সা চ স্বাভাবিকী কেনাপি বলাদুৎপাদিতা চ।

শাস্ত্রনা হায়রি "ভক্তি, ভগবানগী অনুভূতি ( প্রত্যক্ষ, অনু-মিতি, উপমিতি অমসুং শাব্দ মথল মরিনি ) অমসুং ভগবান নত্তবা অতৈবু পামদবা হায়বা অহমসি মতম অমত্তদা ফাওরকই।" মরম অসিনা মসিদগী থওবা য়ারে—অহানবদা ক্লেশগী ( অরাবা মাও-

---

আত্মা নত্তববু আত্মানি হায়বা জ্ঞানবু অবিদ্যা কৌই ( ২। ৫ )। দৃকশক্তি হায়বদি উহনবা ওবা শক্তি ( পুরুষ ) গা দর্শনশক্তি হায়বদি উবা ওবা শক্তি ( মীৎকী শক্তি ) গা অমত্তনি হায়না খনবা জ্ঞানবু অস্মিতা কৌই ( ২। ৬ )। অবাবা-নুংশাইবগী উপায় কংনিংববু রাগ কৌই ( ২। ৭ )। অবাবা নত্রগা থাননবগী মরমু পামদবা অহুবু দ্বেষ কৌই ( ২। ৮ )। পণ্ডিত ওইত্রনমু নহারুকী মপোক্কী সংস্কারগী মরম ওইবা বিষয়দা আসক্তি ওইবা অমসুং মাহুগী উপায় ওইনা মাগী দেহদা আসক্তি লৈবা অমসুং শিববু কিবহুবু অভিনিবেশ কৌই। ( ২। ৯ )॥

(১) শ্রীভক্তিরসামৃতসিন্ধুগী পুর্ব্ববিভাগকী প্রেমভক্তিলহরীদা য়াওরি :—

"আদৌ শ্রদ্ধা ততঃ সাধুসঙ্গোঽথ ভজনক্রিয়া।
ততোঽনর্থনিবৃত্তিঃ স্যাত্ততো নিষ্ঠা রুচিস্ততঃ ॥
অথাসক্তিস্ততো ভাবস্ততঃ প্রেমাভ্যুদঞ্চতি।
সাধকানাময়ং প্রেম্ণঃ প্রাদুর্ভাবে ভবেৎ ক্রমঃ ॥"

হনবা ) অমস্তুং শুভদা ( মঙ্গল পীনবিবা ) হায়বা ভক্তি কল্পলতাগী মনা ( ময়োল ) অনি চোংখৎলকপগী মা হায়খিবহু, মখোইসি মতম অমত্তদা চোংখৎলকলবস্তু অখোই অহেন নাইবা ময়মনা কত্তবা মাঙখিবা অমস্তুং অকবা থোকলকপদস্তু অখোই অহেন নাই অমস্তুং ময়ম অহুনা মখোইগীস্তু অককনবা মথং মনাও লৈ। হায়-রিবা ক্রম অসি য়ামনা কুপ্পা অমস্তুং উবা কংদবা ওইহুনস্তু মখোইনা ত্তোবা থবক উবগী মশক ওইবা ময়ম নত্রগা থুদমনা ময়ম ওইহুনা পণ্ডিতশিংনা লেপনৈ, হায়বদি শাস্ত্রনা তাকপা অমস্তুং সাধুশিংনা তাকপা লক্ষম্না ভক্তিগী লম্বীদা লৈবা অমস্তুং চাওখৎপগী মত্তৌ অসি লেপ্পা য়াই ॥ ৪ ॥

ভক্তি ফংবদা মতিক চায়বা মীশক অহুদা ইহান হানবদা শ্রদ্ধা পোকই। ভক্তিশাস্ত্রনা হায়বা হীরমদা চেৎনা থাজবহু শ্রদ্ধা কৌই। শাস্ত্রনা হায়বা হীরম পাঙথোকনবা কম্না হোৎনহুনা মাহুগী মতুং ইম্না থবক ইংথাং ত্তোননবগী অকনবা পামজরকপা পোক-পহুবুস্তু শ্রদ্ধা কৌবা য়াই। শ্রদ্ধা মথল অনিসিমক অমুক মথল অনি অনি থোকই,— অমনা মশাগী ময়মাই ওইজরকপা শ্রদ্ধানি অমস্তুং অতোপ্পা অমদি করিগুম্বা অমনা নমহুনা পোকহনবনি।

ততশ্চাশ্রিতগুরুচরণস্য তস্য জিজ্ঞাস্যমানসদাচারস্য তচ্ছিক্ষয়ৈব সজা-তীয়াশয়স্নিগ্ধভক্ত্যভিজ্ঞসাধুসঙ্গ ভাগ্যোদয়ঃ। ততো ভজনক্রিয়া। সা চ দ্বিবিধা অনিষ্ঠিতা নিষ্ঠিতা চ। তত্র প্রথমমনিষ্ঠিতা ক্রমেনোৎসাহময়ী ঘন-তরলা ব্যূঢ়বিকল্পা বিষয়সঙ্গরানিয়মাক্ষমা তরঙ্গরঙ্গিনীতি ষড়্বিধা ভবতীতি বাধায়ং বিলক্ষয়তি ॥ ৫ ॥

উত্সাহময়ী প্রথমমেব শাস্ত্রমধ্যেতু ধীরত্তমানস্ত সর্বলোকশ্লোক্য-মানিপাণ্ডিত্যগুণপরমিব যস্মিন্ মত্তমানস্ত যতৌমিব উৎসাহং বাধিকরণস্ত প্রচুরয়তীত্যুৎসাহময়ী ॥ ৩ ॥

শ্রদ্ধাসি পোকলবা তুংদা শ্রীগুরুচরণদ আশ্রয় লৌজহনা সদাচার ( সাধুশিংগী ভজমচিংবা আচরণ ) খঙনিংবা পোকলকই। খঙনিংবদু পোকলবদা সদাচারগী শিক্ষা কংজহনা মাবা পামজরিবা ভজন তৌজগদৌরিবহুগী মরী লৈনবা কঙ্গে তাম্লিবা স্নিগ্ধ হায়রবদি স্নেহনা থল্লবা ভক্তিগী দম্বী নিংথিনা খঙলবা সাধুশিংগা সঙ্গ ওইজবা হায়বা লাইবক ফবদু ওইরকই। হায়রবদি সদাচারগী মরম তারগা মাদু তৌবা পাম্বকুনা অমসুং মাদু খঙনিংজক-হুনা মাদুগী মরমদা নিংথিনা খঙলবা মীশক থিরকই, মাদুগীদমক অদুগুম্বা ভজনদা নিংথিনা খঙলবা লৌজাল হৈরবা সাধুশিংগা সঙ্গ ওইজরকই। সাধুসঙ্গসি ফংলবা তুংদা ভজনক্রিয়াদু থাঙ্গৎ-শেংবা তৌবা হোই। ভজনক্রিয়াসি মথল অনিনি—অনিষ্ঠিতা ( কয়া চেন্নিবা ) অমসুং নিষ্ঠিতা ( অচেৎপা-অয়ৌবা )। নিষ্ঠিতা ভজনক্রিয়াদি কদৌঙৈদা ময়েং তাঁরকপা—হন্থরকপগী রা লৈত্রে। অনিষ্ঠিতা ভজনক্রিয়াস্থ মথংশিংনা উৎসাহময়ী ( থৌনা পোঁকপা ), ঘনতরলা ( কুংশিল্লবা-মহীস্থ মরাংবা ), ব্যূঢ়বিকল্পা (কয়া চিংনবা), বিষয়সঙ্গরা ( বিষয়গা লাম্থেংনবা ), নিয়মাক্ষমা ( নিয়ম ঙাকপা ঙমদবা ) অমসুং তরঙ্গরঙ্গিনী ( ভক্তিগী ইথক্তা শামবা ) হায়বা মথর্দ তরুকসি ওইয়রকুনী মমৈথংদা মাগী তুংনেকম ওইবা শ্রীজগ-দীপা লেত্তবা মীৎয়েং থমজবা ঙমলকই। ৫।

লহানবদা উৎসাহময়ীগী রা হায়রি। অহানবা অহানবা উমথং-

লকপদা ভায়রিঙৈদা "ঐসি থ্বাইনা থাগৎনিঙ'ই ওইনা লাইরিক হৈরে" হায়বা ভাব অসি পোকপদা হৈনিংবা পোক্তুনা হোৌগৎলিবা হীরমহৃদা পুকনিং য়ামনা চঙবা অহুগুমহুনা ভক্তিগী লম্বীদা হেক চংশিজয়কপদা ভক্তগী হৈনিংবা থোনাগা লোয়নবা চেষ্টা খিবিক তৌই। অহুন' অবস্থাসিবু উৎসাহময়ী কৌই ॥ ৬ ॥

অথ ঘনতরলা। প্রক্রম্যমানানি ভক্ত্যঙ্গানি কদাচিন্নির্ব্বহন্তি কদাচিচ্চ ন বেত্তি ঘনত্বং তরলত্বঞ্চাস্য: যথা বটো: শাস্ত্রাভ্যাস: কদাচিৎ সান্দ্র: কদা- চিৎ তাদৃশপ্রবেশা সমর্থতয়া শারস্যানুদয়েন শিথিলশ্চ ॥

অথ ব্যূঢ়বিকল্পা। কিমহং সপরিগ্রহ এব পুত্রকলত্রাদীন্ বৈষ্ণবীকৃত্য উপবৎপারচর্য্যায়া নিযোজ্য গৃহ এব সুখং তং ভজে কিংবা সর্ব্বানেব পরি- ত্যজ্য নির্বিক্ষেপ: শ্রীবৃন্দাবনং গত্বৈকান্তমেবোপাসীন: কীর্ত্তনশ্রবণাদিভি: কৃতার্থীভবেয়ম্। স চ ত্যাগ: কিং ভুক্তভোগস্তাবৎ বিষয়বিষয়- দবথোর্ম্মব চরমদশায়ামেব কিংবাধুনৈব সমুচিত ইতি।

অসিদগী ঘনতরলাগী র' হায়রি। ওসাইগী অঙাং অহুনা লাইরিক ঔরাইবদা করিগুম্বা মথয়াই য়াম্না য়াওবা, করিগুম্বদসু হেক হৈমিংদবা অহুগুমহুনা—তমলিবা শাস্ত্রহুগী মহুংগী অর্থহু লোথা ওমদহুনা তম্বদ হৈমিংলক্তবা অমসুং করিগুব' মতাং অমগী মহুংগী অর্থহু ভাবি হেক তাবদা শুংঙাইবা অমা হৈক পোকখিবা অহুগুমহুনা ভক্তগীসু করিগুম্বদ ভক্তিগী অঙ্গশিংহু পাঙথোকপদা ভজনক্রিয়াগী কুংশীলবা মওং উবা ফংই অমসুং করিগুম্বদনা অজ খিবিক্তু পাঙথোকপা ওমদহুনা মহী লাঙথোকপা হায়বদি য়ামনা পুকনিং চঙবহু থরা কোমথোকপগুম্বা হেক থোকই। মরম অসিনা অসিগুম্বা অবস্থাসিবু ঘনতরলা কৌই। ৭।

অতুগী তুংদা ব্যূঢ়বিকল্পাগী হৗরম হায়রি। "ঐবু ইমুং মসুংগা লোয়ননা মুপী অঙাংশিংবু বৈষ্ণব ওইহন্দুনা ভগবৎ সেবাদা চঙহন্দুনা য়ুমদা অস্তুম্মক লৈনা লৈনা মুংঙাইনা মতম লেন্দুনা ইবুঙোগী ভজন তৌসিরা, নত্রগা মুপী-অঙাং পূমনমক থাদোকলম-লগা পুকনিং চোইদনা নিংজগদবা মফম শ্রীবৃন্দাবন্দা বাস তৌদুনা শ্রবণ কীর্ত্তনচিংবা নববিধা ভক্তিগী অঙ্গ পাংথোকলগা তৌজমনগী মহৈ য়ানবা হায়বদু ওইগত্রা ? সংসার থাদোকপা হায়বসি তৌবা তারবদি, বিষয় ভোগ তৌরগা মাতুগী অরাবদু হকথেংনবা থঙদোক-লগা অরোইবা শরুক্তা (থম থেংনা অরাবা থেংনরবা তুংদা) থাদোকপনা চুমলিবরা, নত্রগা হৌজিকমক হেক্তা থাদোকপনা চুমলিবরা ?" অনুরাগগী ইহৌ অতুনা মপাঙল শোল্লিবা মতম অতুকী মথৈ শ্রীকৃষ্ণবু ভজন তৌবদা শাস্ত্রনা করি হায়রি হায়বা বিচার থিবনি। অতুননি মতম অসিদা (থাক অসিদা) ভক্তনা শাস্ত্রগী বিচারদা চঙশিন্নকলিবসি।

কিন্তু "তামাক্ষেদাত্মনো মৃত্যুং তৃণৈঃ কূপমিবাবৃতম্" (১) ইতি দৃষ্ট্যা আশ্রমস্তাস্তাবিশ্বাস্ততয়া "যো দুস্ত্যজান্ দারসুতান্" (২) ইত্যত্র "জহৌ যুবৈব মলবৎ" (৩) ইত্যাদি দৃষ্ট্যা ত্যক্তবিলম্বতয়াপি "অহো মে পিতরৌ বৃদ্ধৌ" ইত্যত্র "অতৃপ্তস্তাননুধ্যায়ন্ মৃতোঽন্ধং বিশতে তমঃ" ইতি ভগবদ্বাক্যেন ত্যাগেহনঙ্গীকৃতে চ সম্প্রত্যেব প্রাণধারণমাত্রবৃত্তির্বনং তদেব প্রবিশ্যাটা-বেব চ যামানত্যর্থয়ানীতি। "ন জ্ঞানং ন চ বৈরাগ্যং প্রায়ঃ শ্রেয়ো ভবেদিহ" (৪) ইত্যত্র তু বৈরাগ্যস্য ভক্তিজনকত্বে এব দোষো ন তু ভক্তি

(১) ভা: ৩।৩২।৪০। (২) ভা: ৫।১৪।৪৩।
(৩) ভা: ৫।.৪।৪৩। (৪ ভা: ১১।২০।৩০।

জনিতম্বে ইতি তদনুভাবরূপতয়া তদধীনত্বমিতি। যদ্‌যদাশ্রয়ণাৎ স ভিক্ষুকস্তত্তদন্নপরিপূর্ণমৈক্ষত ইতি ন্যায়েন কদাচিদ্বৈরাগ্যং "তাবদ্রাগাদয়স্তেনাস্তাবৎ কারাগৃহং গৃহম্" ইতি কদাচিদ্ গার্হস্থ্যঞ্চ নিশ্চিন্বন্ কিমহং কীর্ত্তনমেব কিংবা কথাশ্রবণমপি উত সেবামেব উতাহো তাবদম্বরীষাদিবদনেকাঙ্গামেব ভক্তিং করবৈ ইত্যাদি বিবিধা এব প্রাপ্তা বিকল্পা যত্র ভবন্তীতি ব্যূঢ়বিকল্পা ॥ ৮ ॥

অহুব শাস্ত্রনা হায়রি "যমগী মশক ওইরবী নহাকী মুপীবু নাপী শীংনানা খুমজিনবা গুহাগুমনা তারগা শিবা য়াবা পোৎ অমনি হায়বসি ইরায় লায়না উবা ফংদবনি হায়না খনগনি"—মরম অসিনা আশ্রম হায়বসিদা থাজহনা লৈবা মতিক চাদে হায়না খন্দুনা "মহাকনা মুপী অঙাং-মরূপ লৈপাক ফাওববু খ্বাইদগী অথোইবা শোঞ্জকম ওইরবা শ্রীহরিগী ভজন পামজরহনা মথোৎ কারকপা পাথং ওইহনস্থ কামত্রবা অমাংবগুম খন্দোক্তুনা থাদোকখি" হায়বা শ্লোক অসি য়েংউরবদি থুদক্তা হেক্তা সংসার থাদোকদবনি। অমরোমদনা "ইমাস্থ ইপাস্থ অহল ওইরে" হায়বা শাস্ত্রগী উক্তিসি য়েংউরগাদ ইমা ইপা শিরগা কোম্না সংসার থাদোকদবনি। অমুকস্থ "পেলহৌদনা সংসার থাদোকলমহনা মাহগী রাখল ভৌনা ভৌনা শিরবদি অকিবগী মশক ওইনা মমলবা লোক অমদা চংলুই" হায়বা ভগবানগী বাক্য অসিদগী সংসার হেক্তা থাদোকদবনি হায়বা সংকল্পসি অহুক য়ামনা মপাঙ্গল লৈতে। হৌজিক অসি মওং অমা ভৌহনা লেল্লগা কোম্না বন চত্তুনা নত্রগা নিঙজফমগী মশক ওইরবা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈহনা মথক ৮সিমক শ্রীকৃষ্ণ ভজন ভৌহনা মতম লেনবা য়াই। "ভক্তিগী লম্বেল অসিদদি জ্ঞানস্থ বৈরাগ্যনস্থ

থোইনা প্রজন পীবা ওমদে" হায়রবা শাস্ত্রগী রা মতুং ইন্না বৈরাগ্য ওইরগা হেক্তা ভক্তি পোকপা ওয়দে হায়হুনা ভক্তিগীদমক বৈরাগ্যাদি কাময়দে হায়নরি, তোইগুম্বসুং ভক্তি পোকলবা তুংদা ওইবা বৈরা-গ্যাদি ফত্তবা নত্তে। মরমদি অত্থুগুম্বা বৈরাগ্যহুদি ভক্তিহু অনুভব তৌবগী মওঙ ওইবনা বৈরাগ্যহু ভক্তিগী মথা পোনবনি হায়বা প্রমাণ ওইরে। ( হায়বদি ভগবদ্ভজন্দা পুকনিং চঙনবগীদমক অত্তে বিষয় থাদোকপা বৈরাগ্যহুদি শুষ্ক বৈরাগ্য নত্তবনিনা দোষ লৈতে)। "ভিক্ষুক অহুনা চংলু চংলুবা আশ্রমদা চা-নবা রাত্তনা লৈরম্বা থেংনৈ" হায়বা ন্যায় অসিগী মতুং ইন্না সন্ন্যাসাশ্রমদসু হিংনবগী করিসু রাত্তে অহুনা করিগুম্বদসু বৈরাগ্য তৌবমক মপুক্তা লেপই। অমুকসু শাস্ত্রনা হায়রি "ভক্তি পোক্তি মরৈদি গৃহ হায়বসি কৈদুম-শংনি" হায়বদি ভক্তি পোকলবদি সংসারগী বন্ধন শক্তি নত্তগা অরুংনবগী শক্তি চঙত্রে। অহুনা করিগুম্বদসু গৃহস্থাশ্রমদা মপুক লেপই। অসুম তৌনা "হরিকথা কীর্ত্তন শ্রবণ তৌহুনা সেবা তৌসিরা, অম্বরীষগী মতৌগুমনা অঙ মথন য়ামলবী ভক্তি তৌসিরা" হায়না চিংনবা মথল মথল পোকপা অবস্থাহুবু বুচাঁবিকল্লা লোই ॥ ৮ ॥

অথ বিষয়সঙ্গমা। "বিষয়াবিষ্টচিত্তানাং বিষ্ণাবেশঃ সুদুরতঃ। বারুণীদিগ্‌গতং বস্তু ব্রজন্নৈন্দ্রীং কিমাপ্নুয়াৎ।" ইতি ভোগা এব বলাৎ স্বস্মিন্নভিনবেশ্য মাং ভজনে শিথিলয়ন্তীতি তদমী ত্যজ্যা নাম প্রায়ং কাং-শ্চন কাংশ্চন ত্যক্তবতোঽপি ভুঞ্জানস্য "জুষমানশ্চ তান্‌ কামান্ পরিত্যাগেহ-প্যধীশ্বর" (১) ইতি ভগবদ্বাক্যস্যোদাহরণত্বং প্রাপ্তবতস্তস্য প্রকাশ্যতে

(১) ভা:-১১।২০।২৮।

বিষয়ৈস্তৈঃ সহ নন্দয়ো যুদ্ধং কদাচিৎ তৎপরাজয়ঃ কদাচিৎ স্বপরাজয় ইতি বিষয়সঙ্গরা ॥ ৯ ॥

অথ নিয়মাক্ষমা। "অদ্যারভ্য ইয়ন্তি নামানি গৃহীতব্যানি এতাবত্যশ্চ প্রণতয়ঃ কার্য্যা ইথমেব তদ্ভক্তা অপি সেবনীয়া ভগবদসম্বন্ধা বাচোঽপি নোচ্চারনীয়া গ্রাম্যবার্ত্তাবতাং সন্নিধিস্ত্যক্তব্যঃ" ইত্যাদি প্রতিদিনমপি প্রতিজ্ঞানতোঽপি সময়ে তথা ন ক্ষমত্বম্ ইতি নিয়মাক্ষমা। বিষয়সঙ্গরায়াং বিষয়ত্যাগাক্ষমত্বম্ অত্রতু ভক্ত্যুৎকর্ষাক্ষমত্বমিতিভেদঃ ॥ ১০ ॥

মথংদা বিষয়সঙ্গরাগী রা হায়রি। শাস্ত্রনা হায় "বিষয়দা থম্মোই লুপলিবা কাওবুহুনা মকম পূম্বা শীনবা থুংনা লৈবিরিবা শ্রীভগবান্দা ভক্তি তৌজবা হায়বহুদি লাম্বা কংবা নত্তে"—নোংচুপলোমদা চেনখ্রবা পোৎ অমবু নোংপোকলোমদা চৎপা নিপা অমনা কংবা য়াব্রা? মরম অসিদগী পোৎ পূমনমকসিনা মাগী মাগী বিষয়দা ঐ অসিবু নমহুনা চিংশিন্দুনা ঐগী ভজন্দা পুকনিং চংজবহু মপাঙ্গল শোলহল্লি। অদুনদি বিষয় পূম্নমকসি থাদোক্তুনা নামদা আশ্রয় তৌজরগে হায়না করি করিগুম্বা বিষয় থাদোকপা মতমদসু ভোগতুম হেক ওইহুনা "ঈশ্বর ওইহুনা থাদোকলবা মক্তদা অয়োইঅথম নাইত্রবা অপাম্বহুবু হঙ্গোই হঙ্গোইনা অহুম্মক ভোগ তৌই" হায়বা শাস্ত্রনা হায়রিবা ভগবানগী বাক্য অসিনা থুদম ওইনা লৌহুনা ভোগ তৌগদৌরিবা বিষয়হুগা লাম্বেংনৈ। করিগুম্বদা বিষয়না মায়থিবা য়াওই, করিগুম্বদসু মী মহাকনা মায়থিবা য়াওই। ভজনক্রিয়াগী অসিগুম্বা অবস্থাসিবু বিষয়-সঙ্গরা কৌই ॥ ৯ ॥

মথংদা নিয়মাক্ষমাগী রা তাকলি। অবস্থা অসিদা ভজন্দা

শ্রদ্ধা হেঙ্গৎলকপনা নিয়ম ঙাকনা চৎপগী দরকার ওইরকই, অদুবু বিষয়দা আসক্তি লৈবহু পুম্মাঙ মাঙবদি নত্তবনা বিষয়গী দরকারনা হেঙ্গিল্লক্তুনা ভজনগী নিয়মদা চপচানা ঙাকপা ঙম-লক্তে। হায়রুহুনা থোইনবু কান্নদে—ভজনগী রসগী মহাও খঙবা ঙমদবসিমক মরম অসিদগীনি। চু-মহীগী মহাও অথুম্বহু খঙলবা মতুংদা অঙাংনা চু চাবা তোকপা ঙমদবা অদুগুমনা ভজনগী অথুম্বা মহাওহু খঙবা হৌখ্রবদি মাহুবু থাদোকপসি সুকঙম ঙমদে। গ্রন্থকারনা হায়রিবা অবস্থাসিগী মওং হায়রকলি। অবস্থা অসিদা চংশিল্লরকলিবা সাধকনা নোংমদা নাম লিশিং ১০ নত্রগা লক্ক অমা শোনগে, খুরুমজবগী থবক অমুক য়ামনা তৌগে, ভগবানগী ভক্তশিংগী সেবাসি অমুম হায়না তৌগে, ভগবানগা সবন্ধ লৈতবা রা অমকাওবা ঙাংলরোই, গ্রাম্যবার্ত্তা—খুল্লকী রারেম * ঙাংবা মীশক্কা সুপতিন তিম্নররোই, অমুম হায়না সঙ্কল্প তৌই। মুম্নিং খুদিংগী হয়া হয়া অসিগুম্বা নিয়মগী সংকল্প তৌহুনমু মতম চানা নিয়মহু ঙাকপা ঙমদবা অসিগুম্বা অবস্থাহুবু নিয়মাক্ষমা কৌই। বিষয়-সঙ্গরা অমসুং নিয়মাক্ষমা অনিগী খেন্নবদি—বিষয়-সঙ্গরাদা বিষয় থাদোকপা ঙমদে, নিয়মাক্ষমাদনা ভক্তিগী হেঙ্গৎপা সাধনা তৌবা ঙমদে—অসিনি ॥ ১০ ॥

অথ তরঙ্গরঙ্গিনী। ভক্তেঃ স্বভাব এবায়ং যৎতদ্বতি সর্ব্বেঽপি জনা অনুরজ্যন্তীতি "জনানুরাগপ্রভবাহি সম্পদ" ইতি প্রাচাং বাচোঽপি। তদ্ভ্যুত্থাসু বিভূতিষু লাভপূজাপ্রতিষ্ঠাদিষু বল্লীবলিতানুপশাখাসু তরঙ্গেষ্বি-বাচরন্ত্যা অস্যা রঙ্গ ইতি তরঙ্গরঙ্গিনী ॥ ১১ ॥

* ভুগী-নিপাগী বা (তুকচবগী মথক ওইবা)

অসিগী ভুংদা তরঙ্গরঙ্গিনী কৌবা অবস্থাগী মা হায়রি। ভক্তি অসিগী স্বভাবতি—ভক্ত অহুবু মী খিবিকনা মহৌশানা মুংশিবি-রকই। "মীনা মুংশিবিবহুনা সম্পার (লম্বুম-ওইজ ওইথক) কংই" হায়বসি মমাংদা হৌরবা পণ্ডিতশিংনস্ন হায়রমই। জীব পুমনমকী আত্মা ওইরিবা শ্রীভগবান্দা পুকনিং অনি লোঙদনা ভক্তি তৌজরিবা মী অহুগী ভক্তিনা—মন্ত্র ওইবা অর্চ্চনাহুনা তেংবানবা পুম্বু পেলহল্লি। ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা লৌখৎপা পদ্মপুরাণগী বাক্যনা হায়রি:—

যেনার্চ্চিতো হরিস্তেন তর্পিতানি জগন্ত্যপি।
রজ্যন্তি জন্তবস্তত্র জঙ্গমাঃ স্থাবরা অপি॥

হায়বদি শ্রীভগবান হরিবু নীংজরিবা মীহুনা জগৎ পুম্ববু পেলহল্লি—মথরাই পানবা মীনচিংবগী রাদি থম্বু থমখো—স্থাবর-জঙ্গম জীব কাওবনস্ন ভক্ত অহুবু পেল্লি—মুংশি। অমুমনা ভক্তগী মকমদা মহৌশানা মী পুমনমকনা চানবি। ভক্তগী মকমদা বিষয়গী ব্রহ্মগী, অমস্মুং ঈশ্বরগী মুঙাইবা মথল পুমনমক মশানা তাজবা ওইনা লৈ। মাহুদি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা লৌখৎপা তন্ত্রবাক্যনা হায়রি:—

সিদ্ধয়ঃ পরমাশ্চর্য্যা ভুক্তির্মুক্তিশ্চ শাশ্বতী।
নিত্যঞ্চ পরমানন্দং ভবেদ্গোবিন্দভক্তিতঃ॥

শ্রীগোবিন্দদা ভক্তি পোকলবদি অনিমানচিংবা সিদ্ধি নিপাল, বিষয়গী মথল মথা অয়াম্বা মুঙাইবা, ব্রহ্মগী মুঙাইবা হায়বদি মুক্তি অমস্মুং পরমানন্দগী মশক ওইবা ঈশ্বরগী মুঙাইবা কংই॥ ভক্তিদগী পোকপা হায়রিবা কংজরিবা মীনা লুনা তৌবিবগুম্বা বিভূতি খিবিকসি

ভক্তি কৌবী কল্পলতা পাম্বীগী মশামরেংনি । মশামরেংনা মরাংকায়দা চাওখৎলবদি মরু ওইবা লতা পাম্বীতুদি চাওখত্তে। শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতদা হায়রি—

"কিন্তু যদি লতার অঙ্গে উঠে উপশাখা ।
ভুক্তি মুক্তি বাঞ্ছা যত—অসংখ্য তার লেখা ।।
নিষিদ্ধাচার কুটিনাটী জীবহিংসন ।
লাভ প্রতিষ্ঠাদি যত উপশাখাগণ ।
সেক-জল পাঞা উপশাখা বাড়ি যায় ।।
স্তব্ধ হঞা মূলশাখা বাড়িতে না পায় ।।
প্রথমেই উপশাখা করিয়ে ছেদন ।
তবে মূলশাখা বাড়ি যায় বৃন্দাবন ।।" (মধ্যখণ্ড । ১৯ ।)

ভক্তি কৌবী উর্নীগী মশামরেং ★ চোংলকলবদি—ভোগ পাম্বা হায়বনে মুক্তি পাম্বা হায়বনে শীংথাদুনা লোইবা নত্তে, তৌবা হৌনত্রবা মযক মরাগী তৌবা' জীবহিংসা ওইজবা কংনবা পূজা, মীনা উ-নবা থৌরাং অসিনচিংবা মশামরেংদু পাম্বীদা চাইবা ইসিংদু ফংবদগী চাউখৎখিদুনা মরু ওইবা মশা অচৌবদুদি চাউবা ঙমদ্রে । অহানবদা মশামরেংদু ককথৎকদবনি । অদুদগা শ্রীবৃন্দাবনদা হৌরিবা ভক্তিলতাগী মরু ওইবা মশা অচৌবদু চাউখৎকনি ।

হায়রিবা মশামরেংশিংসিবু মফম অসিদা ভক্তি হায়বী মহাসা-গরগী ইথক ওইনা বর্ণনা তৌরি । ভক্তনা হায়রিবা অবস্থাসিদা

---

★ মশামরেং হায়বসি মফম অসিদদি উতাংবীগী জাৎপু খঙনগনি । উতাংবীগী মশক ওইবা মশামরেংদুদি মানা তোংলুরিবা মূলবৃক্ষদুদগী মরী পথোকপনি ।

ভজন-ক্রিয়াবু মথল মখা অমাম্বা মওংদা শান্নবা ( ক্রীড়া ) ওইনা উই। মমম অসিনা অবস্থা অসিবু "তরঙ্গরঙ্গিনী' কৌই ॥ ১১ ॥

মতাং অসিদা মহামহোপাধ্যায় শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা লেংবা মাধুর্য্যকাদম্বিনীগী ভক্তিগী শ্রদ্ধানচিংবা ক্রম ( মথং মনাও ) মথল অহুম ভাকলগা ভজনক্রিয়াগী মথল ভাকপা অনিশুবা অমৃতবৃষ্টি লোইরে।

# তৃতীয়ামৃতবৃষ্টিঃ।

অথানর্থানাং নিবৃত্তিঃ। তে চানর্থশ্চতুর্ব্বিধাঃ:— দুষ্কৃতোত্থা সুকৃতোত্থা অপরাধোত্থা ভক্ত্যুত্থাশ্চেতি। তত্র দুষ্কৃতোত্থা দুরভিনিবেশ-দ্বেষ-রাগাদ্যাঃ পূর্ব্বোক্তাঃ ক্লেশা এব। সুকৃতোত্থা ভোগাভিনিবেশা বিবিধা এব। তে চ ক্লেশাস্তঃ-পাতি ন ইতি কেচিৎ। অপরাধোত্থা ইত্যত্র নামাপরাধা এব গৃহ্যন্তে। সেবা-পরাধানান্তু নামভিস্তত্তন্নির্ব্বর্তকস্তোত্রপাঠৈঃ সেবা-সাতত্যেন চ ভব্যস্ত বিবেকিনঃ প্রায় প্রতিদিনমেবোপশমেনাঙ্কুরীভাবানুপলব্ধেঃ।

অসিগী তুংদা কান্নদবা-থাদোকপা ( অনর্থনিবৃত্তি ) গী রা হায়রি। কান্নদবা—অমাগুবগী মশক ওইবা হায়বসি মথল মরিনি দুষ্কৃতোত্থ ( মশানা তৌজবা কত্তবা—পাপুগী পোকপা ), সুকৃতোত্থ ( মশানা তৌজবা ফল পাম্বা পুন্যকর্ম্মদগী পোকপা, ) অপরাধোত্থ ( ভগবান নত্ত্রগা ভগবানগা মরী লৈনবা করিগুম্বা পোং অমদা থগুনবু ওইরবস্থ থগুদনবু ওইরবস্থ তৌবা হৌনদবা তৌরুবদগী পোকপা ) অমসুং ভক্ত্যুত্থ ( পুকনিং অনি লোগুবা হায়বা ভক্তিহ পোক্তিৃ ত্তৈদা অপরাভক্তিদগী পোকপা )। —মহাক্ম কী

মপোক্তা তৌখিবা কর্ম্মগী ফলনা অরাবা পোকহনবা, বিষয়দা পাম-জবা, য়েংথিবা নত্রগা পুকনিং চঙবগী র। অনিশুবা অমৃতবৃষ্টিদা অহুমশুবা মতাংদা নৈনখ্রে। মহুদা অবিদ্যা, অস্মিতা, রাগ, দ্বেষ অমসুং অভিনিবেশ কৌবা অরাবা মথল মঙাগী র। য়াওব্রে। মসিনি দুক্কতোথ অনর্থ হায়বছু। মথল মথা অয়াম্বা ভোগ তৌরগা মাছু কায়থিনি হায়বগী কিবা (অভিনিবেশ) অছুবু দুষ্কৃতোথ অনর্থ কৌই। নহাক্সুক মপোক্কী অফবা কর্ম্ম তৌজরকপগী নত্রগা সকাম ওইবা পুন্যকর্ম্মগী ফল ওইনা অনিত্য ওইবা ইন্দ্রপদবীনচিংবা ফংবা দুঙাইবসি দুষ্কৃতোথ অনর্থনি। অছুনা অস্তমনা হায়রি—ভুক্তি মুক্তি পাম্বা হায়বা হিংচাবগী রাথল অসিনা থম্মোইদা লৈরিবা মতম অছুক্কীমধৈ করম তৌনা ভক্তিগী দুঙাইবা ফাওরকপা য়াগ-দগে? অওইবমকসু পতঞ্জলিনচিংবা মহর্ষিশিংনা দুষ্কৃতোথ অনর্থবু অবিদ্যা-অস্মিতানচিংবা অরাবা মথল মঙাগী মমুং চলহল-লমই (অনিশুবা অমৃতবৃষ্টিগী অহুমশুবা তাংকক্কী টীকা)। "অপরা-ধোথ অনর্থ" হায়রিবসি মফম অসিদা নামাপরাধতবু লৌরি—সেবাপরাধবুদি লৌদে। মরমদি, বিচার-বুদ্ধি লৈবা সংজনশিংনা সেবাপরাধবু কোকহনবা ঙম্বা নাম শোনবা, স্তোত্র পাঠ তৌবা অমসুং অতৎ-অথম নাইদনা শ্রীভগবানগী সেবা তৌজবনা তুমিৎ থুদিং থোকথিবা সেবাপরাধবু তোকহনবা ঙম্বা মরমনা সেবাপরাধ থোকপা ঙমদে।

সেবাপরাধ করিনো হায়বগী মরমদ। গ্রন্থকারনা মাগী ভক্তি-রসামৃতসিন্ধুবিন্দুদা শীংথাখিবছুগী অনুবাদ লৈজরে:— (১) লাই-শংদা দোলাইনচিংবা তোংহুনা চংপা (২) লাইশংদা থোংউপ

অতোপ্পা রা পূমনমক হৌরক্লগা সাধুসমাজদা কনজঙ্গনা অমসুং ভিন্নবা লৈজঙ্গনা শ্রীভগবানগী ধামদা চঙজঙ্গনা মক্ত্ৰা ভগবানগী সেবাদা পুক্নিং লুপচঙ্গনা পুক্নিং অনি লোঙদনা খঙদবা মীদদি অঙাওবনি হায়না উরবা মঁশক ওইঙ্গনা ভক্ত ওইবা খিনিক্কী ভজন্দা আনন্দগী মশক ওইরবা জগোইগী অধ্যায় তমজনবগীদমক রুচি কৌবী জগোই শাবীনা মথুং অনি পাম্নবিঙ্গনা জগোইঙ্গু তমজরগা মমাঙদা ওইশিন্নিব পংওই ওইবসু নত্তবা পরমানন্দবু ফংজে। মরক মরক্তা ভাব অমসুং প্রেম কৌবা জগোইগী ওঝা অনিনা মাবু জগোই শাহল্লবা মতমদা মহাক অঙ্গনা কয়থা অবস্থাদা কয়থা আনন্দ ফংবা হায়বগু কনানা মাঙ্গগী ওমথৈ লেপ্পা ঙমগদগে? বস্তু-বৈশিষ্ট্যানপেক্ষিণী কৌবী রুচিঙ্গু পোকচরঙদি, মাঙ্গনা করম তৌনা মথং মথং পক ওইরকপা হায়বঙ্গগী ক্রম উৎপ্ৰবসিনি। (মতমগী মতুং ইন্না রুচি অসি হেনগৎলক্তুনা ভাব অমসুং প্রেম ফংই হায়বসি মকমসিদা হায়প্ৰবসিনি। অঙ্গগা ভাব অমসুং প্রেম ফংন্নিবৈদা 'আসক্তি' পোকই হায়বসিগী ক্রম তরুকশুবা অমৃত-বৃষ্টিদা হায়রকদৌরি।)॥৪॥

মহামহোপাধ্যায় শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা লংবা মাধুর্য্যকাদম্বিনীগী উপ-লব্ধাবার কৌবা মঙাশুবা অমৃতবৃষ্টি লোইরে॥ ৫॥

# ষষ্ঠ্যামৃতবৃষ্টিঃ।

অথ সৈব ভজনবিষয়া রুচিঃ পরমপ্রৌঢ়তমা সতী যদা ভজনীয়ং ভগবন্তং বিষয়ীকরোতি তদৈবাসক্তিরিত্যাখ্যায়তে। সৈব ভক্তিকল্পবল্ল্যাঃ স্তবকীভাবমাসাদয়ন্তী ভাব প্রেমনা পুষ্পফলে অচিরাদেব ভাবিনী তোস্ত-

রতি। রুচির্ভজনবিষয়া * আসক্তির্ভজনীয়বিষয়েতি দ্বয়োরেব ব্যপদেশঃ। বস্তুতস্তু তে অপ্যুভয়ং বিষয়ীকুরুত এব। অপ্রৌঢ়ত্বপ্রৌঢ়ত্বাভ্যামেব ভেদঃ। আসক্তিরেবান্তঃকরণমুকুরং তথা মার্জয়তি যথা তত্র সহসা প্রতিবিম্বিতো ভগবানবলোক্যমান ইব ভবতি। হন্ত বিষয়ৈরাক্রম্যতে মদীয়ং চেতস্তদিদং ভগবতি নিদধামীতি ভক্তস্য বিধিৎসানন্তরমেব প্রায়ো বিষয়েভ্যো নিষ্ক্রম্য তদ্রূপগুণাদৌ যৎ প্রবেশশীলং পূর্ব্বদশায়ামাসীৎ তদেব চিত্তমাসক্তৌ জাতায়াং বিধিৎসাতঃ পূর্ব্বমেব স্বয়মেব তথাভূতং ভবেৎ। যথা ভগবদ্রূপগুণাদিভ্যো নিষ্ক্রম্য বার্ত্তান্তরে চেতঃ কদা প্রবিষ্টমিতি প্রাগ্ভনিষ্ঠেনাপি ভক্তেন নানুসন্ধাতুং শক্যতে তথৈব বার্ত্তান্তরতো নিষ্ক্রম্য ভগবদ্রূপগুণাদিষু কদা প্রবিষ্টং স্বচেত ইত্যাসক্তিরনাসক্তেন ন লক্ষ্যতে। আসক্তিমতা ভক্তেন তু তল্লক্ষ্যতে ॥ ১ ॥

অছুদগী ভজনদা ওইবা রুচিদু চাওখৎলক্লুনা নিংজপদবা শ্রীভগবাননমকপু মাগী বিষয় ( অবলম্বন ) * ওইরকলবা মতমদুদা রুচিদু আসক্তি কৌরে। আসক্তি অসিনা ভক্তি কৌবী কল্পলতাগী ময়োল ওইরদুনা মীলনা ভাব কৌবা মপাল অমসুং প্রেম কৌবা মহৈ পাল্লগনি হায়বা খঙহল্লি। রুচি হায়বসিনা ভজনদা ওইবনি অমসুং আসক্তি হায়বসিনা ভজন তৌজগদৌরিবা বিষয়দুনি হায়বসিনা অনিসিগী অখোই অহেন অদুম খঙহল্লে। অওইবমক অনিমকনা অনিমকপু মহৈ মহৈ বিষয় ওইহনবনি। মরমদি রুচি অমসুং আসক্তি হায়বসি মুক্তিবা অমদি মুল্লবা থাক্তা খেন্নবনি; হায়বদি রুচিদুমকনা মুল্লগা আসক্তি ওইবনি। মসিনি খল্লদবা। আসক্তিনা ভক্তগী থম্মোইগী মিংশেল্লুবু অসুক নিংথিনা শেংদোকই মাদুদি মাদুদা মমি হেক্তা তাত্তুনা শ্রীভগবানবু উজবগুম ফাওই। "ওহোকপনি! ঐগী থম্মোইসি সংসারগী বিষয়না পুক্কৎখ্রে, ঐনা

মসিবু শ্রীভগবান্দা হাপলগে" অসুমনা ভক্তনা হোৎনরকপগী মহৈনা মানা মাগী থম্মোইবু সংসারগী বিষয়দগী চিংথোক্লনা অহানবগী দশা হায়বদি রুচি পোকহল্লবদি, থম্মোইদু শ্রীভগবানগী রূপ-গুমচিংবদা চংল্লে; আসক্তি পোকলগদি থম্মোই মতোমতনা হোৎনরুবা য়াওদনা মশানা হায়রিবা অবস্থাদু হেক্তা ওইরে। শ্রীভগবানগী রূপ-গুমচিংবদগী নাম্বোক্লনা থম্মোইনা করমনা করম্বা মতমদা অতোপ্পা য়াকৈদা চংখিবগে হায়বদু নিষ্ঠা ফংলবা ভক্তনা থেংনদব-গুমনা থম্মোইনা অতৈ য়াকৈ থাদোক্লনা করমনা করম্বা মতমদা শ্রীভগবানগী রূপ-গুমচিংবদা হেক্তা চংখিবা হায়বা আসক্তিসিবু আসক্তি ফংল্লিবা ভক্তনা উবা ঙমদে—অদুবু আসক্তি ফংলবা ভক্তনদি উবা ঙমই। রুচিদদি পুকনিংবু অতৈ য়াকৈদগী চিং-থোক্লনা পুরকপা ভাবনি, আসক্তিদদি মসি মরম্নাই হেক্তা ওইবনি। রুচিদদি পুকনিংদা মতম য়ামনা কুইনা শ্রীভগবানগী রূপ গুণ-লীলানচিংবা ধ্যান তৌদুনা লৈ অদুবু মাদু মঙান মশা ওইনা তৌই—আসক্তিদদি ধ্যান অদু অচেৎপনি।

ততশ্চ প্রাতঃ কুলজ্যোঽপি তো তোঃ কণ্ঠলম্বিত শ্রীশালগ্রামশিলা-সুন্দরসম্পুটো মধুলধুক্ষোম্বিত শ্রীকৃষ্ণনামামৃতাস্বাদ প্রতিক্ষণলোলিতরসনঃ প্রেক্ষ্যমান এব দুর্ভগং মামুল্লাসয়সি কশ্চিৎশ্চিদর্থে। তৎ কথয় কুত্র কুত্র বার্তার্থে ভ্রমন কেষাং দৃষ্ট্যা কেষাং বা ভগবদনুভবানামাস্পদীভবন্নাত্মানমক্ত-কৃতার্থয়ঃ। ইত্যুক্তাবিত্তসংলাপামৃতপানম্বাপিতকতিপয়ক্ষনঃ পুনরস্তো গত্বা তোঃ কৰ্ক্কশিত্তমনোহরপত্রকবিলক্ষণয়া শ্রিয়া বিদ্যামেবাস্তৃণীয়সে তদ্যাচক্ষ, দশমস্কন্ধীয়ং পত্রমেকং জীবয় শ্রুতিচাতকীং ভাবার্থামৃতবৃষ্ট্যা ইতি তদ্যাখ্যয়া রোমাঞ্চিতগাত্রঃ পুনরস্তো গত্বা হন্তাধুনৈবাহং কৃতার্থী ভবিষ্যামি

যদিয়ং সদৈব সত্ত্ব এব মম সমস্তদুঃখধ্বংসিনীতি বিচারিতবদবনি প্রণি-পাত পুরঃসরপ্রবর্ত্তিবিনতিকঃ তৎসভামুকুটমণিনা মহাভাগবতবর্য্যেন পরম-বিদুষা সরসমাক্রিয়মানঃ সঙ্কুচিত তদুত্তদত্তিককৃতোপবেশ এব ত্রৈলোক্যভুবনজী-বতবনমহাভবরোগভিষক্‌শিরোমনে ধ্বস্তৈব ধরণীমধ্যমস্থাপি যে মহাদীনস্ত নিরুপম কণং মমাদ্বিশ্বপথ্যোবধে কেনাপি প্রযুক্তেন মহারসায়নেন মদভী-প্সিতাং পুষ্টিমাপ সম্পাদয়েতি।

আসক্তি লৈজরবা ভক্তগী লমচৎ হায়রকলি :— অমুক অঙনবদা কনাগুম্ব সাধু অমবু উবদা হায়রকই—"এক্ষম কদাইদগী লেংবিররকপনো ? মহাশয়গী খোরিদা শ্রীশালগ্রাম শিলাগী নিংথিজরবা থাউনা য়াম্থরি, কয়াদি লাউদনা তপনা তপনা কৃষ্ণনাম শোনবদা নামগী অমৃতগী মহাও লৌনিংবনা লৈমতোন্দু হাইকেং কাওথংলকলি। ঐগুম্বা লাইবক থীরবা মীশকী মাওদা লেওবি-রক্তুনা করিগীদমক ঐবু আনন্দ পীবিররিবা হায়বা ওমজদে। মহাশয়না করম করম্বা অথোইবা ভক্তগী শ্রীভগবানবু অনুভব তৌজবা ওম্বা শাক্ত পীনবিদুনা নশাবু অমস্তুং অতোপ্পবু পোকপগী মহৈ য়ালহনবিরিবা ?" মতৌ অস্তমনা মঙ্গলগী মশক ওইবা রাগী ওহাক শারবা 'তুংদা অমুক অতোপ্প মক্ষম অমদা চৎখিদুনা কনাগুম্বা ভাগবত পাঠ তৌবা নিপা অমা থেংনরুবদা হায়রকাল, "মহাশয়গী সেগাদা চপলিবা পুথনিং হূনা নিংথিরবা লাইরিক্কুগী ফজবা মওংহু উবদা মহাশয়বু শ্রীভাগবত-পুরাণ নিংথিনা হৈরবা মীনি ওজরে ; অদুনা চানবিদুনা দশমস্কন্ধগী শ্লোক অমতং পাথোকপিরগা মাতুগী ব্যাখ্যা ওইনা অমৃতগী নোং থিকথবিদুনা ননাইগী নাকোংগী মশক ওইরবা নোংগোবীসিবু ( খোরাংবা কোকহনবিদুনা ) হিংহনবিয়ু।"

অশ্লমনা হায়জহন্না শ্লোকী ব্যাখ্যা তাজরহনা মশাবু হু চুংজরহনা অমুক মক্কম অমদা চংগ্রগা সাধুসমাজ অমদা থুংলরে। মকমহুদা হায়রকই, "সুস্তাইজরেদা, হন্দক্তি ঐ অসি পোকপগী মহৈ য়াজরে। মরমদি ( সভা অসিদা চংজরকপদা ) সভাসিনা ঐগী কত্তবা থিবিক মাঙ্ হনবিরনি।" অসি হায়হনা লৈপাক্তা হুণ্ডনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌজরে। থুক্কমজবহু ওকপিহনা সভাহুগী অথোইবা ভক্তহনা হুংশিনা চায়া কৌশিনবিরকলবদা নোম্নুকনা চংজখিহনা ভক্তহুগী মনাক্তা কমজরে, অতুদগী হায়রকই, "হে মরোল অহমদা লৈরিবা জীবগী মপৈগী মপাল নাইত্রবা ভব রোগবু লাইয়েংবিবা ওস্বা মাইথা থিবিক্তী কোকথক্তী মণি ওইরিবা। নহাকনা তোম্নবা নংলবা ননাইগী শিংলিসি অমুক্তং পায়হন য়েংবিরগা করি লায়নানা মারিবনো রাখল তৌবিরগা শোয়ররোইদৌবা হিদাক মশক তাকপিয়ু—মাহু চাজরগা ননাইগী নিংজরিবা আশাসি থুংজগে।"

সাশ্রং যাচমানস্তৎকৃপাবলোকমধুরবাঞ্ছয়া মৃতনিঃস্যন্দনস্থিতস্তচ্চরণ পরি-চরণবাতপঞ্চষড়বাসরঃ সময়সমষ্টিরপি কদাচিদটবীং যদি ময়ি বর্ত্ততে কৃষ্ণস্য কৃপাবলোকস্তদাহং দূরতঃ পুরো ইব লোক্যমানঃ কৃষ্ণসারস্ত্রচতুরাণি পদানি মদভিমুখমায়াতু ন চেত্তাং পৃষ্ঠীকরোম্বিতি নৈসর্গিকীমপি মৃগশুপ-ক্ষিচেষ্টোত্তদনুগ্রহনিগ্রহলিঙ্গতয়ৈব জানন্ গ্রামোপবনেঽপি খেলতো বিপ্রবাল-কান্ সনকাদীনিব কিমহং ব্রজেন্দ্রকুমারং প্রাপ্স্যামি ইতি পৃষ্ট্বা তদনুত্তরং যেতি মুগ্ধাক্ষরং দুর্ব্বোধার্থতয়া বা সুবোধার্থতয়া পরামৃশ্য স্বগৃহমধ্যমধ্যা-স্তাপি মহাধনগৃধ্নুঃ কৃপণবনিগিব কাহং যামি কিং করোমি কেন ব্যাপারেণ যে ভবতীষ্টবস্তুজাতং হস্তগতং স্যাদিতি পরিম্লানবদনশ্চিন্তয়ন্ স্বপন্ উত্তিষ্ঠন্ উপ-বিশন্ পরিজনৈঃ কারণং পৃচ্ছ্যমানোঽপি কদাচিন্মূক ইব কদাচিদবহিত্থয়া সা-ধয়মানঃ সাশ্রুতমস্ত্যুদয়ং দুর্বুদ্ধিরিতি বর্ষিতঃ স্বভাবত এবায়ং মূঢ় ইতি

প্রভিবেশিভিরজ্ঞৈর্ব্যর্থ ইতি মীমাংসকৈঃ ভ্রান্ত ইতি বেদান্তিভিঃ ভ্রষ্ট ইতি কর্ম্মিভিরহো মহাসারং বস্তুসমধিগতম্ ইতি অভক্তৈর্দাম্ভিক ইতি তত্রাপরা- ধিভিঃ পরামৃষ্যমানো মানাপমানবিচারবিধুরো ভগবদাসক্তি ঘর্ঘ্ণাপ্রবাহ পতিত এব চেষ্টতে ভক্ত ইতি ॥ ২ ॥

ইতি মাধুর্য্যকাদম্বিন্যাং মনোহারিণীনাম ষষ্ঠামৃতবৃষ্টিঃ ॥ ৬ ॥

মতৌ অসুমনা মৃমিত্তা মপি ভাহনা কৃপা নিজহনা ভক্তশ্রেষ্ঠহনী কৃপাগী মিৎয়েং অমসুং পাউভাক ফংজরহনা সুমিৎ মঙা ভক্তকনি মাগী চরণ সেবা তৌহনা লেপ্পরে। করিগুম্বদসু প্রেমনা ডাওহনা বন্দা অসুম কোয়না কোয়না "ঐ অসিবু শ্রীকৃষ্ণনা চানবিরবদি অরাপ্পদা ঐবু য়েংহনা লৈরিবা শজী অসিনা ঐভোনলোমদা খোঙকম অহম মরিদি চংশিল্লকনি ; নত্রগদি ঐভোম্দগী মতুং ওম্মোক্তনা চৎবিগনি।" অসুমনা শা উচেকী মহোশাগী ওইবা চুমনা তৌজবা থবকপুস্ন শ্রীভগবানগী চানবিবা চানবিদবগী খুদমনি হায়না খনবা হৌরকই। খুনগী চিদাইদা শাম্নরিবা মরোল শেংকাম্রিবা ব্রাহ্মণ মচাশিংহু উরগা মখোইহবু সনকনাচংবা ঋষিশিংনি খল্লুহনা "ঐবু ব্রজরাজনন্দনবু কংগত্রনে ?" অসুমনা হেক হংসুবদা অডাংশিং অহনা মরোল শেংফাত্তনা করিনো অমা থুমলকপহু—করিগুম্বদা অর্থ লৌবা ঙমদবা ওইনা করিগুম্বদনা লায়না খঙবা ওইনা নিংই। করিগুম্বদনা য়ুমদা চংলকলগা শেল য়ামনা পায়বা লিকত্রবা লল্লোনবা অমগুমনা "ঐবু কদাইদা চৎশিবা, করি তৌশিবা, ঐনা পামলিবা পোৎ অহবু করি তৌরগা কংগবা ?" অসুমনা রাখল তৌবদা রারহনা মাইথোং মকশিন্না চিন্তা তৌই, করিগুম্বদনা হেক ভূমখোকই, অমূকসু হেক হৌগৎলি অমূকসু হেক ফমই। ইমুংগী মীনা মরম

হংলগনু মরোল খোক্তবগুম ভূমিন্না লৈখোকই। করিগুম্বদনু মন্নাপ মপাংশিংনা "মাদি লম্বুম লৈত্তবদগী বুদ্ধি চোইরবনি হায়রবি খণ্ডবা লৈকাইগী মীনা "মাদি মহৌশানা নামা শিবনি" হায়রবি, মীমাংসা পাম্বা কাণ্ডবুনা "মাদি অপগুবনি মূর্খনি" হায়রবি, বৈদান্তিকশিংনা "মাদি ঙাওরে" হায়রবি, কর্ম্মিশিংনা "মাদি তৌকম খণ্ডত্রবনি" হায়রবি, ভক্তশিংনদি "মাদি মমল য়ামলবা মচি ওইবা পোৎশক কংলবনি" হায় অহুগা অপরাধি ওইবা ভক্তশিংনা "মাদি নাপল লৈবনি" হায়রবি। মতমহুদা অথোইবা ভক্তসিদি মীনা থাগৎপা, চৈবা করিসু নাচুংদনা শ্রীভগবানগী মকমদা ওইবা আসক্তি হায়-বহুগী মশক ওইরবা স্বর্গগী মন্দাকিনীগী ঈচেন্দা তাউহনা মথল মথা অয়াম্বা চেষ্টা তৌই ॥ ২ ॥

শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা লেংবা মাধুর্য্যকাদম্বিনীগী মনোহারিনী কোবা ৬ শুবা অমৃতবৃষ্টি লোইরে ॥ ৬ ॥

# সপ্তম্যমৃতবৃষ্টিঃ

অথ সৈবাসক্তিঃ পরমপরিণামং প্রাপ্তবতী রত্যপরপর্য্যায়ো ভাব ইত্যাখ্যাং লভতে। য এব হি সচ্চিদানন্দ ইতি শক্তিত্রয়স্য স্বরূপভূতস্য কল্পলতাবং ভজতে। যদেব খলু ভক্তিকল্পবল্ল্যা উৎফুল্লং প্রসূনমাচক্ষতে। যস্য চ বাহ্যৈব প্রভা সর্ব্বৈঃ সুদুর্লভা আভ্যন্তরী তু মোক্ষমপি লঘূকরোতি। যস্য চ পরমাণুরেক এব তমঃ সমস্তমুন্মূলয়তি। যস্য পরিমলৈঃ প্রসৃমরৈঃ মধুসূদনং বিস্মাপনীয় তত্র প্রকটীকর্ত্তুং প্রভূয়তে। কিং বহুনা যৈরেব বাসি-তান্তঃকরণবৃত্তিভিরবিভক্তয়ো প্রবীণতাবশাত সন্ত এব ভগবদ্দর্শি [illegible]

স্নেহমিত্থং যোগ্যতাং নয়তে। যঃ খল্বাবির্ভবন্নেব স্বাধারং শ্বপচমপি ব্রহ্মা-দেরপি নমস্যত্বমাপাদয়তি। উত্তোত্তমানে চ অস্মিন্ শ্যামলিমানং ব্রজমহেন্দ্র-নন্দনস্যাঙ্গানামেবারুণ্যং তদীয়াধরনেত্রান্তাদেরেব ধবলিমানং তদীয়বদনস্মি-তচন্দ্রিকাদেরেব প্রৌঢিমানং তদম্বরভূষণাদেরেব লেচ্চুং লজ্জাসম্ভ্রমসমমিব বলিতোৎকণ্ঠং তত্তস্য নয়নদ্বন্দ্বমশ্রুভিরজস্রমাত্মানমভিষিঞ্চেৎ।

আসক্তি অসিনা খময়েংলবদা ভাব কৌরে রতি হায়ব-সিস্ন মাগী অতেপ্পা থাক অমনি। ভাব হায়বসি সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দ হায়রিবা ইবুঙ্গো মাগী শক্তি অহুমগী ময়োল চোংলকপী অবস্থানি। মসিবু ভক্তি কৌবী কল্পলতাগী মপাম্নি হায়নৈ। মাগী মপাম্বোংগী মঙাল অহংমক ফংঙমম্রবা পোৎশকনি, মদুংগী ফজবগুনা মোক্ষমকপুসু করিসু লৈতবনি হায়না উহল্লি। মাগী মরিক পীকথ্রবা অমত্তুংনা অম্সা খিবিকপু মল্লা ফংনা ফুকতোকই। হায়রিবা ভেং-বানবগী লৈরাং অসিগী মুংশরবা মনম অহুনা শ্রীভগবানবু সাক্ষাৎ ওইনা ভেংবানবদা কোংনা কাওহল্লি। কল্লি অমুক হায়গনি, 'ভাব' না হেক চংখিবদা থম্মোইগী বৃত্তিগী মশক ওইরবা থোইদিং মরুহু মহী চেন্দুনা তত্তনা শ্রীভগবানগী অঙ্গ পুম্বা মাহুদগী থোকপা থাউনা থৌগল তৌবা ঙমই। 'ভাব' অসিনা হেক কাওরকপদা কাওজরিবা মীশক অহু চণ্ডাল ওইরবসু ব্রহ্মানচিংবা কাওবনা খুরুম্বদা মতিক চারবা মীশক ওইরে। 'ভাব' অসিনা কাওরক-লবদা ব্রজরাজনন্দনগী অঙ্গগী শ্যামবর্ণ ওইবা অঙ্গকান্তি, ইবুঙোগী অধর অমসুং মিৎচিগী নিংথিবা মঙাল, ইবুঙোগী মাইথোং থাগী মোমোন নোকপা মানোঙ্গী নিংথিজবা, ইবুঙোগী সনা কাগে অমসুং

চুমন থিবিকৌ নিংথিবা অসিনচিংবা থিবিক কাওচুনা ( উবা কংজ-চুনা )—লুরবা কীতম অসিদা য়া ঙাংবা থোক্তনা মম্ম ফুন্দুনা মম্মিং অনিদগী অতংপা নৈতনা শিম্ফরকপা পিনা আত্মাবু চোংহল্লি।

গীতং তদীয়ং মুরল্যা এব সিঞ্জিতং তদীয়নূপুরাদেরেব সৌস্বর্য্যং তদীয়কণ্ঠস্যৈব নিদেশং তচ্চরণ পরিচরণস্যৈব তৎকৃতং কদাপি স্বস্থাবতংসী-কর্ত্তুং মৃগ্যমিব স্থানেস্থানে। ক্ষণে শ্রবণদ্বয়ং নিশ্চলীভবতুরমেৎ ! এবমেব কীদৃশো বা তদ্ভুতয়করকিশলয়স্পর্শ ইতি তদৈব ত৽স্মৃতবদিব গাত্রং রোমা-ঞ্চিতং ভবেৎ। তৎসৌরভ্যং লভ্যমানমিব বিস্ফুরন্নাসে প্রফুল্লেক্ষণে-ক্ষণে শ্বাসং গৃহীত্বা পরিচিচীষেতাম্। হন্ত সা কেনা কিং মে স্বাদনীয়া ইতি তাম্বূলমতমানেব রসনাপ্যুল্লাসং দধানৈবোষ্ঠাধরৌ লিহ্যাৎ। কদাপি তদীয়স্ফূর্ত্তৌ তৎ সাক্ষাৎ প্রাপ্তবদিব চেতো হৃষ্যেৎ তন্মাধুর্য্যাস্বাদসম্পত্ত্যা-মাপ্তেৎ তদৈব তদ্বিয়োগাবে বিষীদেৎ স্নায়েদিত্যেবং সঞ্চারিভাবৈরাস্থান-মলঙ্কুর্ব্বদিব শোভেত। বুদ্ধিরপত্তত্ত্বমেবার্থমবধারয়ন্তী জাগ্রৎস্বপ্নসুষুপ্তিষু তদীয়স্মৃতিবর্ত্মন্যেব পান্থমধ্যবস্যেৎ। অহন্তা চ প্রাপ্স্যমানে সেবোপযো-গিনি সিদ্ধদেহে প্রবিশন্তীব সাধকশরীরং প্রায়ো জহাতীব বিরাজেত। মমতা চ তচ্চরণারবিন্দমকরন্দ এব মধুকরীভবিতুমুপক্রমেতেতি। স চ ভক্তঃ প্রাপ্ত মহারত্নং কৃপণ ইব জনেভ্যো ভাবং গোপয়ন্নপি ক্ষান্তি বৈরাগ্যা-দীনামাস্পদীভবন্ লসল্ললাটমেবান্তর্ধানং কথয়তীতি ন্যায়েন তাবজ্জনাধুগো-ষ্ঠ্যাং বিদিতো ভবেদত্র তু বিক্ষিপ্ত ইত্যুন্মত্ত ইতি সজ্জন ইতি দুর্জ্ঞেয়তাং গচ্ছেৎ ॥ ১ ॥

মতমত্তদা ভক্তচুনা ইবুঙোগী মুরলীগী নিংথিবা ধ্বনি, নূপুরগী ঝন-ঝন, ইবুঙোগী কণ্ঠধ্বনি—ইবুঙোগী চরণসেবাগী মরমদা ইবুঙোনা তাকপিবা য়াথং তাকচুনা আম্মাবু পেলহমবগীদমক কোয়না কোয়না মিকুপ খুদিং থিচুনা মনাকোং অনিচু করিগুম্বদা

থাঙ্গৎলি করিগুম্বদ লুকথৈ—লেঙদনা ভুমিল্লা লৈ। মতৌ অসুমনা করিগুম্বদ ইবুঙোগী শ্রীহস্তনা শোকপিরকপগুম হেক মশাদা কাওহনা মতু চুংই। করিগুম্বদা ইবুঙোগী অঙ্গগন্ধ হেক ফংজহনা হন্নাওরবা নাতোম্না হন্না হন্না স্বর চিংশিন্দুনা ওস্থোকনা হন্নাও ভুজুং-জরি। করি করিগুম্বদসু "ইবুঙোগী অধরামৃতত্তবু মহাও তংজবা ফংবা লাইবককবত্তবু ঐবু ফংজন্নগদ্রা" অসুমনা খল্লহনা ফংদ-ফংদ-বদোনা হন্নাওজহনা চিম্বাল মথক মথ'ত্ত মরৈনা হেক হেক লেফই। করিগুম্বদনা ইবুঙোবু স'ক্ষ'ৎ হেক দর্শন ফংজহনা থম্মোইদা হন্নাঙ-ঙুঙাই কোংদোকই। মরম অত্তদগী মতমত্তদা করিগুম্বদসু ইবুঙো মাগী মাধুর্য্যগী মহাও ফংজহনা ঙাওই, অমুক করিগুম্বদনা ভাব অহ্ মাঙথিহনা মমায় মকশিন্দুনা অরাবা ফংই—অসুমনা ওইরক ওইরকপা 'ভাব'না আত্মাগী লৈতেং ওইহনা ভক অহ্ পুকনিং হুনা নিংথিজে। মাগী বুদ্ধি অহ্ নাপ্পোকপা নাইদনা মানা পামজরিবা অমতদা নপুনা লৈহনা মীকপ থাকলিঙৈদসু, মঙ, মঙলিঙৈদসু, মুঙাইনা ভুমলিঙৈদসু শ্রীভগবানবু কাউদবা (নিংশিংবা) হায়রবা লম্বী অহ্দ চৎপা মী অমা ওইনা লৈ। মতমত্তদা মাগী 'ঐ' হায়বা (জীব ওইবগী মওং) অহ্ মপুকনা পামজবা ইবুঙোগী সেবা চঙবদা মতিক চাবা সিদ্ধদেহদা চঙথিহনা মপান্দোংগী সাধক-শরীর অসিবুদি অয়াম্বা মতমদা থাদোক্কুনা লৈগে। মাগী 'ঐ' হায়বা পোত্তুনা ইবুঙো মাগী শ্রীচরণ-থম্বালগী লৈহী চুপচবা খোইমু ওইগদবগী থাক য়োগদোরে। অবস্থাসিদা ভক্তহনা মমল য়ামলবা রত্নবু ফংজয়বা অরিকপনা তোবগুম মীয়ামদা 'ভাব' অহ্ লোৎলবসু—ললাট-দেশদা নিংথিজনা তোঙখৎপা উরগা অন্তর্ধানগী কীভমনি থঙনবগুম

—ভক্তস্থ ক্ষান্তি ( নিবৃত্তি ), বৈরাগ্যনচিংবগী ভূংনকম ওইদুনা অশিংবা সাধুশিংনদি মাগী অবস্থাদু খঙই অদুগা খ্বাইনদি অঙাও-বনি, জ্ঞান চোইরবনি হায়না মসুংগী অবস্থাদু খঙদে।

স চ ভাবো রাগভক্ত্যুত্থো বৈধভক্ত্যুত্থ ইতি দ্বিবিধঃ: আদ্যো জাতিপ্রমাণাভ্যামাধিক্যেন মহিমজ্ঞানানাদরেণ ভগবতি সামাঙ্গাধিক্যাচ্চ সান্দ্রঃ। দ্বিতীয়ঃ তাভ্যাং প্রথমতঃ কিঞ্চিন্ন্যূনত্বেন ঐশ্বর্য্যজ্ঞানাবদ্ধ মমতাব-ত্বাচ্চাসান্দ্রঃ। প্রায়ো দ্বিবিধ এবায়ং ভাবো দ্বিবিধানাং ভক্তানাং দ্বিবিধ-চিত্তসনাসনাথেষু হৃদয়েষু স্ফুরন্ দ্বিবিধাস্বাদত্বং ভজতে। ঘনসার ইব রসালপনসেক্ষুদ্রাক্ষাদিষু প্রবিষ্টঃ পৃথক্ পৃথঙ্মাধুর্য্যবত্ত্বং ভজতে। তে চ ভক্তাঃ শান্তদাসসখিপিতৃপ্রেয়সীভাববন্তঃ পঞ্চবিধাঃ স্যুঃ। তত্র শান্তেষু শান্তিরিতি প্রেয়সীভাববৎসু প্রিয়তেতি নামভেদমপি। পুনশ্চায়ং স্বপক্ষ্যো-বাবির্ভাবিতৈর্বিভাবানুভাবব্যভিচারিভির্মিলিত্বৈব রাজেব বা প্রকৃতিভিরদ্ভু-তৈশ্বর্য্যঃ স্থায়ীতি নাম্না বৈশিষ্ট্যং গচ্ছন্ তৈর্মিলিতঃ শান্ত ইতি দাস্যমিতি সখ্যমিতি বাৎসল্যমিতি উজ্জ্বল ইতি পঞ্চবিধো রসো ভবতি। যো হি রসো বৈ সঃ রসং হ্যেবায়ং লব্ধ্বানন্দী ভবতীতি শ্রুত্যাভিধীয়তে। অয়মপ্য-বতারেঽবতারিণি বা সম্ভবন্নপি স্বয়ং সম্পূর্ত্তিমানং তত্র তত্রালভমানো ব্রজেন্দ্রনন্দন এব স্বকাষ্ঠাং লভতে। নদনদীতড়াগাদিষু সম্ভবদপি যথা সমুদ্র এব জলনিধিত্বম্। যো হি ভাবস্য প্রথমপরিণতাবেব উৎপদ্যমান এব প্রেমণি মূর্ত্ত এব রসঃ সাক্ষাদেব তত্তদ্ভক্তৈরনুভূয়ত ইতি ॥ ২ ॥

ইতি মাধুর্য্যকাদম্বিন্যাং পরমানন্দ-নিষ্যন্দিনীনাম্না সপ্তম্যমৃতবৃষ্টিঃ ॥ ৭ ॥

'ভাব' হায়বসি রাগভক্তিদা ফাওবা, বৈধভক্তিদা ফাওবা অনুমনা মথং অনিনি। অহানবসিনা জাতি অমসুং প্রমাণনা হেনবা মরমনা মতিক মগুণ ( মহিমা ) হায়বগী জ্ঞানবু থওইদবনা মহিমাগা অম্বা ওইবা অমসুং মহুদগীসু হেনবা মরমনা স্নামনা কূংই।

অনিত্তবসিদি জাতি প্রমান্দা থন্না হৈম্বৈ—ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওবা 'ঐ' হায়বা জ্ঞান য়াওবনা অহানবগীদ্মুক কুংদে। ভাব মথল অনিসিনা মথল অনিগী ভক্তগী রাথল মথল অনি চেন্নরিবা থম্মোইদা কাওছনা মথল অনি থোকনা আস্বাদন তৌনরি। হৈনৌ, থৈবোং, চু অমস্তুং ক্রাক্ষাদা মথং মথং রস কুংবা থেন্নরা লৈবগুম—তোঙান তোঙান মাধুর্য্যগী মওং লৈ। অস্তুমনা তোঙান তোঙানবা ভাব ফংজরবা ভক্তশিংনা শান্ত দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমস্তুং মাধুর্য্য ভাব চেন্দুনা মথল মঙা অমুক শুপ্রে। শান্তভক্তদ শান্তি. দাস্যভক্তদা পেনবা (প্রীতি), সখাগী সখ্য (মরূপ ওইবগী মওং), মপা মমাগী ভাব লৈবদা বাৎসল্য অমস্তুং প্রেয়সীগী ভাব চেনবা ভক্তদা প্রিয়তা (চান্নবা)—অস্তুমনা ভাবকী মমিং থেন্নরে। অমুক ভাব মথল মঙাসিনা মাগী মাগী শক্তিনা বিভাব, অনুভাব অমস্তুং ব্যভিচারি-ভাবকী মশক ওইবা প্রজ্ঞাথিবিক ফংলক্তুনা মশা মশানা ঐশ্বর্য্যগা লোয়নরবা স্থায়ীভাব হায়বা নিংথৌত্ত ওইদুনা প্রজ্ঞা থিবিক্তুগা লোয়ননা তিন্নদুনা শান্ত, দাস্য, সখ্য বাৎসল্য অমস্তুং উজ্জ্বল হায়বা গুণথেন্নবগী মতুং ইন্না থেন্নরবা রসকী মশক লোয়কই। "স্বয়ং ভগবানমকনি রস অদু, অমস্তুং পুরুষ রসকী মশক ওইরবা ইবুঙোনা মানা ওইরিব. রস অদুবু ফংলগা আনন্দগী মশক ওইবিরি" অস্তুমনা শ্রুতিনা হায়রি। তুরেন মচা, ও চৌবা পাৎনচিংবদা ইশিং লৈরবসু সমুদ্রত্তনা ইশিংগী তুংনক্ষম ওইবা অংগুমনা রস অসি শ্রীভগবানগী অতৈ অতৈ অবতার অমস্তুং অবতারীদা ফাওরবসু মপুং কাদে—শ্রীব্রজরাজনন্দনদি পূর্ণ ওইনা ফাওররে। ইবুঙো মহাকনা ভাবকী অহানবা ওইরকপদা প্রকাশ ওইবিদুনা প্রেম পোকলগা লেঙত্রবা

তদেংখা মধূংকাস্রবা রসকী মধক ওইনা রসিক ভক্তনা কংঠৈ ॥ ২ ॥

মহামহোপাধ্যায় শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা লেখা মাধুর্য্যকাদম্বিনী পরমানন্দ-নিষ্যন্দিনী কোবা ভবেৎতবা অমৃতবৃষ্টি লোইবে ॥ ৭ ॥

## অষ্টম্যমৃতবৃষ্টিঃ ।

অথ তস্যা এব ভক্তিকল্পবল্ল্যাঃ সাধনাভিধ্যে যে পূর্ব্বং যে পত্রিকে লক্ষিতে ইদানীং ততোঽতিতাচ্চিক্কণানি তাদৃশশ্রবণকীর্ত্তনাদিময়ানি ভাবকুসুমসংলগ্নানি অনুভাবাভিধানানি বহূনি পত্রাণি সহসৈবাবির্ভূয় ক্ষণে ক্ষণে শোভয়ন্তি যান্যেব ভাবকুসুমং পরিণামং প্রাপয্য পুনস্তদেব প্রেমাভিধানফলসমানয়ন্তি। কিন্তু আশ্চর্য্যাচর্য্যোঽয়ং ভক্তিকল্পবল্লী যস্যাঃ পত্রস্তবকপুষ্পফলানি প্রাপ্তপরিণতীন্যপি স্বস্বরূপমত্যজন্ত্যেব নবনবান্যেব সহৈব সর্ব্বাণি বিরাজন্তে। ততশ্চাস্য তজ্জনধনাত্মাত্মীয়গৃহবিত্তাদিষু শতসহস্রশো ঽভবন্যাশ্চিত্তবৃত্তয়ো মমতাস্পদীভূতাস্তেষু তেষু নিবদ্ধ এব পূর্ব্বমাসন্ তা এব চিত্তবৃত্তিঃ সর্ব্বা এব ততস্ততোঽবহেলয়ৈবোন্মোচ্য স্বশক্ত্যা মায়িকীরপি তা মহারসকল্পপৃথুমানপদার্থমাত্রানীব সাকারচিদানন্দজ্যোতির্ম্ময়ীকৃত্য তাভিরেব সমস্তাভিঃ সর্ব্বাভিস্ততস্ততো বিচিতাভিঃ স্বশক্ত্যৈব তথাভূতীকৃতাভিঃ শ্রীভগবদ্রূপনামগুণমাধুর্য্যেষু যো নিবধ্নাতি সোঽয়ং প্রেমমহাকিরণমালীব উদয়ন্নেব নিখিলপুরুষার্থনক্ষত্রমণ্ডলীঃ সহসৈব বিলাপয়তি। ফলভূতস্য যঃ স্বাদ্যমানো রসঃ স সান্দ্রানন্দবিশেষাত্মা রসস্য পরমপৌষ্টিকী শক্তিঃ শ্রীকৃষ্ণাকর্ষিণীত্যুচ্যতে। যস্মিন্নাস্বাদয়িতুমারভ্যমান এব বিস্মারণং ভবতীতি কিং বক্তব্যম্। মহাশূন্যে পট ইব মহাধনগৃধ্নুত্যাকেশচূড়বিচারতস্ ইবাত্মানমপি নাবেক্ষতে।

ভক্তিকল্পলতাগী সাধনাদগী পোকপা মনা অনি পাল্লি হায়না মমাংদা পনখিবহ্নু, * হৌজিক মাহুদগী য়ামনা নাল্লবা কীর্ত্তমচিংবগী মশক ওইবা 'ভাব' কৌবা লৈগা নপল্লহুনা 'অনুভাব' কৌবা মনা ময়াম অমা থঙ্‌হৌদনা চোংলক্কুনা ফজ্জহল্লগা 'ভাব' কৌবা মপাল অহু মপূং ফাহন্দুনা মমৈদা 'প্রেম' কৌবা মহৈ অমা য়াল্লকই। তৌইশুমস্নুং ভক্তি কৌবী কল্পলতাসিগী অঙকপা মওংনি। মাগী মনা, ময়োল, মপাল অমস্নুং মহৈ মথং মথং পাল্লকলবস্নু মাগী মাগী মশক সুকথা থাদোক্কনা পূমনমকসি মতম পূমনমক্তা অনৌ অনৌবা মওং লৌহুনা ফজনা লৈ। ভক্তগী থম্মোইহু শল্লক লিশিং লিশিং খোকনা থায়দোক্কুনা হাময়দি 'ঐগী' হায়বা খৌয়ৌনা মাগী আস্বাদা, মল্লীমতাদা, মুমকৈ লম্বুমদা পুন্দুনা লৈরম্বহু হৌজিক্তি হায়রিবা পুকনিংগী খোরম ময়ামহু থওইরক্কহুনা মখোইদগী নাম্মোক্কুনা মায়াগী পোং ওইরবস্নু মখোইহুবু চাউরবা রসগী গুহাদা লুপলুরবা পোংকী মতৌগুমনা মাগী শক্তিনা সাকার চিদানন্দ জ্যোতির্ম্ময়গী মশক ওলহন্দুনা—মফম থুদিং শীনবা থুংনা মাইকৈ তরাদা চাইহুনা লৈরিবা 'ঐগী' হায়বা পোংশিংহুবু হায়থ্রিবা মওং অসি ওইহন্দুনা —মখোইহুগা লোয়ননা—মখোইসিবু শ্রীভগবানগী নাম-রূপ-গুণ-মাধুর্য্যদা কাজিনবিবা 'প্রেম' হায়বহুনা মতিক লৈরবা মুমিৎ (সূর্য্য) কী মতৌগুমন ঙাম্মোকপিহুনা তেংবানবগী পুরুষার্থ খিবিকী মশক ওইরবা নক্ষত্রমণ্ডলীবু থঙহৌদনা মকশিলহল্লি। ভক্তিলতাগী মহৈদগী খোকপা প্রেমগী চাবা য়াবা রস অহুদি আনন্দঘনস্বভাবনি (আনন্দনা কুংশিল্লবা মওংনি)। হায়রিবা রস অসিগী চারগী

* আমায় ২২-২৩

হৰুচাং মোয়হনবা ওম্বা শক্তিদুবু শ্রীকৃষ্ণাকর্ষিণী ( শ্রীকৃষ্ণবু চিংদুনা পুরকপা ওম্বা ) কৌই। রস অসিবু মহাও তংলুরবা ভক্তনা কম্রিশুম্বা য়েৎখাই খিনগাইবা ( বিম্ব ) অমত্তবু কিবা লৈত্রে। মসি য়োধ্রবদি ভক্তদু মপাঙ্গল কন্নবা সাম্বিশুম অমদি য়াথন য়াওরবা মীপী মরল পামনবা হুরানবগী মতৌশুম মশাগী কাওবা অক-কন্তুবী ময়মদা করিম্নু বিচার লৈত্রে।

কিঞ্চ রাত্রিন্দিবমেব প্রতিক্ষণমত্যর্থহিমমাবৈশ্চতুর্ব্বিধৈঃ পরমদাহ-তিরপরিমিতৈরন্নৈরপি অনুপশমনীয়া যদি কাচিৎ ক্ষুধা সম্ভবেৎ তৎসদৃশো উৎকণ্ঠয়া সূর্য্য ইব তাপয়ন্ তৎকাল এব স্ফূর্ত্তেরাবির্ভাবিতানি ভগবদ্রূপগুণ-মাধুর্য্যাকল্পপারাস্তাস্বাদবিবশীকারয়ন্ কোটিচন্দ্র ইব শিশিরয়তি। যুগপদেব আধাররন্ধ্রতোঽয়ং প্রেমা উদিতো চ যশ্মিন্নীষদেব বর্দ্ধমানে ভগবৎসাক্ষাৎ-কারমেব প্রতিক্ষণমাকাঙ্ক্ষতো ভক্তস্য উৎকণ্ঠাশল্যস্য মহাদাহকত্বেবাতি-প্রাবল্যোদয়া স্ফূর্ত্তিপ্রাপ্তরূপলীলামাধুর্য্যৈরপি অতৃপ্তস্য তস্য বান্ধবোঽপি নিরুদকান্ধকূপ এব ভবনমপি কণ্টকবনমেব যৎকিঞ্চনাভ্যবহারোঽপি প্রহারো মহানেব সজ্জনকৃতপ্রশংসা অপি সর্পদংশা এব প্রাত্যহিককৃত্যকর্ত্তব্যমপি মর্ত্তব্যমেব অঙ্গপ্রত্যঙ্গানি অপি মহাভারসুহৃদ্গনসান্ত্বনমপি বিষদৃষ্ট এব সদা জাগরোঽপি সাগরোঽনুতাপস্যৈব কদাচিৎনিদ্রাপি বিদ্রাবিনী জীবনস্যৈব স্ববিগ্রহোঽপি ভগবদ্বিগ্রহো মূর্ত্ত এব প্রাণা অপিধানাঃ পুনঃ পুনর্ভ্রষ্টা এব কিং বহুনা প্রাক্ সদৈবাভীষ্টমাসীদ্ যৎ তচ্চ বৃহো মহোপদ্রব এব ভগবচ্চিন্তন-মেবাত্মনিকৃন্তনমেব! ভক্তশ্চ প্রেমৈব চুম্বকীভাবমাপন্ন কার্ষ্ণায়সীভূতং কৃষ্ণমাকৃষ্যানীয় কম্মিংশ্চন ক্ষণে ভক্তস্যাস্য নয়নগোচরীকরোতি। তত্র চ সৌ-ন্দর্য্যসৌরভ্যসৌস্বর্য্যসৌকুমার্য্যসৌরস্যৌদার্য্যকারুণ্যানীত সীমাঃ স্বরূপভূতাঃ পরমকল্যাণগুণাঃ ভগবতা স্বভক্তস্য তস্য নয়নাদিষু ইন্দ্রিয়েষু নিধীয়ন্তে।

হাউরবা চাক য়েহাং মথন মরি মপান নাইদবমখৈ অমুকী

খুম্মিলাক্লী হয়া হয়া চায়বন্থ অয়াবা হায়বহু নোংমতন্থ তোক্তনা অহুমনা লাকশিনবা ওমত্রবা করিগুবা অয়াম্বা অমা লৈবগুমলবা উৎকণ্ঠানা মুমিৎকী মতৌগুমনা মৈশা লাংহন্নবদা থুদক্তা করিগুবা শ্রীভগবানগী মপান নাইত্রবা রূপ, গুণ, অমসুং মাধুর্য্য কাওবিরকদ-বদি মথোইসিগী আস্বাদ কংবদা লা কোটি শোয়কপগুমনা ইংহল্লি। উৎকণ্ঠাগী অকনবা অমসুং শান্তিগী মাধুর্য্য অনিনা মতম অমগুদা মহৈ মহৈ বিরুদ্ধ ওইবা গুণা লৈতেংলবা অওকপগী মশক ওইরবা 'প্রেম'না মাগী তুংকম ওইনা ভক্তগী থম্মোইদা কাওবিহুনা অমসুংহাইফেৎ মানা চাওখৎহুনা মীকুপ থুদিংমক্তা শ্রীভগবানবু হাকথেংনমা উনিংবা ভক্তগী উৎকণ্ঠাগী মশক ওইবা তাশোনবু প্রলয়গী মৈনা চাক্তুনা উৎকণ্ঠাহু মপাঙ্গল ফনথৎলকপনা মাতোম্দা কাওরকলবা শ্রীভগবানগী রূপ অমসুং লীলাগী মাধুর্য্যনসু মাবু মপুক পেনহলবা ওমলক্তে। মতমহুদা মাতোম্দা মত্তীমত্তা-মরূপমপাংসি ইশিং য়াওত্রবা মমলবা গুহাগুমই, মুমসি তিংথংনা থল্লবা নারকুমই, থরদং চাবহু চৈনা অকিবা ফংনা ফুবগুমই, সজ্জনা থাগৎলকপহু লিম্না চিকপগুমই, নোংমগী তোকম থোকপা ক্রিয়াশিংসি অশিবগুমই, মরূপশিংনা থেমজিনবহু হুগী নোংগুমই, ভুম্বা য়াদনা হুমিৎচুম্বা লৈবহুনা অদ্ভুতাথকী সমুদ্রগুমই, করিগুবদা নিত্রা লাকললস্থ মাহু পুনসি মাওহনবী অন্নাবা ( ফত্রনা ) গুমই, মরম্মাই হকচাংহু পুহনা লৈবসি ভগবানগী দণ্ডনা মূর্তি ওইনা লেপ্পগুম থম্লি, মথম্মাইসি হমা হমা মৈদা তৌরবা কৌগুমলে—করি অমুক হায়গনি মমাংদৈতো মানা য়ামনা পামজয়বা পোৎ অহু মতোম্দা হৌজিক মহা উপদ্রব ওইয়ে—শ্রীভগবানগী রাথল তৌথমকপুম্ন মতোম্দা য়ান্নবশা থাওগুম থোকরে। অহুগী ফুদা

প্রেম অহুমকনা য়োংচাবি ওইহনা য়োং অমুবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু চিংশিন্দুনা করিগুম্বা মতমদা ভক্তগী মমিত্তা উহল্লি। শ্রীভগবানস্য মতমহুদা ইবুঙো মাগী নিংথিজবা শক্তম, হুংশিরবা গন্ধ, পাঙ্গল, অথোৎপা, পুকচেল চাউবা অমস্যুং থৌজাম্নচিংবা থোইদোক হেন্দোকনা মঙ্গলগী মশক ওইবা পুণ খিবিকপু মনাই ভক্তগী মিৎনচিংবা ইন্দ্রিদা ফাওবিহনা দর্শন পিবি।

তেষাঞ্চ পরমমধুরত্বে নিত্যনবত্বে চ ভক্তস্যাস্ত চ তদাস্বাদয়িতুঃ প্রেম্নৈব প্রবর্ত্তমানে প্রতিক্ষণ বর্দ্ধিষ্ণৌ মহোৎকণ্ঠায়াং চ কোহপ্যানন্দমহোদধিরাবির্ভ-বন্নাহর্ত্তি কবিসরস্বতীলকুট্যা পরিমেয়তাম্। যথা হি অতিনিবিড়তরবিট-পদলকুলপ্রবলিতমহাস্তপোধতলস্য সুরদীর্ঘিকা হিমসলিলসম্ভৃতঘটশতবল-য়িতভটস্থাতিশিশিরত্বে তদাশ্রয়িতুর্জনস্য চ তপর্ত্তুতরনিকিরণতপ্তমরুসর-নিমহাপাম্বত্বে চ। তথা কাদম্বিনীঘনাসারস্থাপায়স্থ ইব তদতিবিচামানস্য বনমত্তজস্য চিরস্তনদবদবথুদূনত্বেন চ তথা সুধাকিরণস্যাতিমধুরত্বে তৎপান-কর্ত্তুশ্চ মহারোগশতবত্বে স্বাদলোলুপত্বে চ যত্তাদাত্মিক আনন্দঃ স এব দিগ্দর্শনার্থং তস্যোপমানীক্রিয়তে ॥ ১ ॥

তত্র প্রথমং সদ্যাপারচমৎকরস্য ভক্তস্য লোচনয়োঃ যসৌন্দর্য্যং প্রকা-শ্যতে প্রভুনা। ততস্তন্মাধুর্য্যেন সর্ব্বেন্দ্রিয়ানাং মনসশ্চ লোচনময়ীভাবে প্রবর্ত্তিতে স্তম্ভকম্পবাষ্পাদিভিঃ কৃতবিঘ্নশ্চ তস্যানন্দকৃতমূর্চ্ছায়াং জাতায়াং প্রবোধয়িতুমেব দ্বিতীয়ং সৌরভ্যং তদীয়ঘ্রাণেন্দ্রিয়েষু প্রকাশ্যতে। তেনাপি তেষাং ঘ্রাণময়ীভাবে দ্বিতীয়মূর্চ্ছাবিঘ্নে জাতে সতি তথাহমেব সম্পদ্যমানো-ঽস্মি যা বিহবলীভূনিকামং মামদ্ভুতবেতি তৃতীয়ং সৌস্বর্য্যং শ্রবণেন্দ্রিয়গ্রাহ্য-মাবির্ভাব্যতে।

পুণ খিবিক অহুদি ওহোকনা নিংথিগ্রবা অমস্যুং নিত্তিগী লেঙ্গদনা নৌহনতা লৈবা ময়মনা প্রেমগা লোয়ননা মহুগী আস্বাদন

তৌগে লাকনরকপদা ভক্তগী থম্মোইদা মিকুপ খুদিংগী অসুম অসুম হেনগৎলকপা কনগ্রবা উৎকণ্ঠা পোকলকই অমসুং মমৈথংদা মতুমত্তা মহা আনন্দগী সমুদ্র অমা কাওরকই—কবিগী রাগেং হায়বসি মহৌশানা হায়জিনবনা হেক্লি হায়নবনি, অদুবু করম্বা কবিগী রাহৈনসু আনন্দ অদুগী চাংবু কোংদোকপ ঙমদে। কালেনগী নৈহোনা শারব সুংশাগী মৈশানা চাকথেকলবা মরুভূমিদা চৎলিবা লংকৈ চৎপদুনা মশামরেং কূংলবা চাউরবা বটপাম্বীগী মকমদা চাউরবা পুখ্রী অমা লৈবা, অদুগী মপাল অদু উপ্মুক ইংলবা ইশিং-দুনা চকু চাম চাম হৈদোক্নুনা ইংহল্লবা অংগুম্বা উরুমদুদা পোত্থাজবা, অমদি মতম কুইনা লম্মে চাকলবা বন্দা লৈবা শাগুদুনা শাকু কয়া চুরকপা নোংগী ইশিংনা মশাদু চোৎপদা মুত্তাইজবা, অমদি কপ্পা নারবা অচাপোৎকী মহাউ থঙ্রবা অনাবদুনা অমৃত পান তৌবদা পেঙ্জবা—অসি থিবিক অসি ভক্তগী আনন্দদুগা মান্নে হায়না প্রমাণ তৌবদা হাইক্কেৎ মশক লাকনবা চাংদমনবত্তা মথোকই। হায়বদি করিগুম্বা সংসারগী বিষয়গী মুত্তাইবগা অপ্রা-কৃত ওইরবা ভক্তগী আনন্দগী সমুদ্রদুগা প্রমাণ তৌবা য়াদে ॥ ১ ॥

অহানবদা আনন্দ অসিনা কাওরকপদা ঙকলবা ভক্তগী মৃমিৎ অনিদুনা শ্রীভগবানগী সৌন্দর্য্যবু উৱে। অদুগী তুংদা ইবুঙো মাগী মাধুর্য্যনা ইন্দ্রিয়পুম্বসু মমিৎ অনিদুগা ভিরখিদুনা হায়রিবা মহামা-ধুর্য্যদু দর্শন কাংজবদা থোৎথোৎপা মিৎকী মত্তৌ ওইরকলবদা স্তম্ভ ( মুম্বীগী মত্তৌঙমনা মৃমিন্না লেপ্পা ) কম্প ( হকচাংনিকপা ) অমসুং বাষ্প ( মথাং কাবা ) অসিনচিংবা বিম্ন পোকলকই অমসুং মদুদা ভক্তগী আনন্দমূর্চ্ছা হায়বা দশাদু ওইরবদা শ্রীভগবানা ভক্তদু

হৌদোকপিনবগী ( জ্ঞান তাহরবগীদমক ) মাগী মনাতোন্দা ইবুঙোগী অঙ্গগন্ধ হায়বা অনিশুবা মাধুর্য্যহ্ন কাওহল্লি। মতমদুদা ভক্তগী ইন্দ্রি পুম্বনা নাতোন কৌবা ইন্দ্রিদা চঙখিদ্রনা পুম্বনমক নাতোনগী মশক ওইখিদ্রনা ভক্তগী অনিশুবা আনন্দমূর্চ্ছা। হায়বদু ওইরকপা শ্রীভগবান্না "হে ভক্ত! ঐ অসি নংগী নখা পোল্লবনি, নং হাওরম্নু, ঐবু কংদ্রনা নংনা নিংজবা থুংজরো" অমুমনা তাকপি-দুনা ভক্তগী মকমদা ইবুঙো মাগী অহমশুবা মাধুর্য্য—সৌরভ্য ( ইবুঙোগী তাবদা হুক্তাইবা সুর ) ওইনা আবির্ভাব ওইখি।

পুনস্তেনাপি তেষাং শ্রবণমননাভাবে তৃতীয়মূর্চ্ছোপক্রমে কৃপয়া চরণার-বিন্দেন পাণিভ্যাম্ উরসা চ স্পর্শং দত্বা চতুর্থং বক্ষোরুমার্দ্যমানাবদ্ধতাব্যতে। তত্র দাস্যভাববতস্তস্য মূর্দ্ধি চরণেন স্পর্শঃ সখ্যভাববতঃ পাণ্যোঃ পাণিভ্যাং বাৎসল্যভাববতঃ স্বকরকমলেনাশ্রুমার্জ্জনং প্রেয়সীভাববতস্তু উরসি স্বকরকমলা বাহুভ্যামাশ্লেষঃ ক্রিয়তে ইতি জ্ঞেয়ো বোধ্যঃ। পুনশ্চ তেনাপি তথা তথৈব চতুর্থমহামূর্চ্ছায়ন্তে পঞ্চমং স্বাধরসম্বদ্ধি সৌরভ্যং তদীয়রসনেন্দ্রিয়গ্রাহ্যং প্রেয়সীভাববত্যেব তৎকালপ্রাদুর্ভূতভদভীষ্টাকারবর্তিনা এব প্রকাশ্যতে নান্যত্র। ততশ্চ পূর্ব্ববদেব তথা তথা তাবেঽপি তদাতস্তাব নন্দমূর্চ্ছায়াঃ তিনৈবিদ্যো জাতে ততঃ প্রবোধয়িতুমসমর্থেনেব ভগবতা ষষ্ঠমৌদার্য্যং বিতন্যতে। তচ্চ তেষামেব সৌন্দর্য্যাদীনাং সর্ব্বেষামেব তন্ময়নাদি সর্ব্বে-ন্দ্রিয়েষ্বেব যুগপদেব বলাদ্বিতরণম্। তদৈব ভগবদিদিতজ্ঞেনেব প্রেমাপ্য-ভিবর্দ্ধমানেন সতা তদনুরূপত্বকান্তিরেবং সবর্দ্ধ্যাপি তত্র ভক্তে স্বয়ং চন্দ্রম-ন্দেব। মুলপদেবানন্দসমুদ্রেণভলব্ধীব্যাপ্ত সংবর্দ্ধতয়বর্জ্জয়িতব্যমিব তত্র অতঃ সিদ্ধিমানেন স্বয়মেব সাকারতদবোঽধিদৈবভীতজেন তথা বশাকিরিতী-ধ্যতে যথা বৌপপতৈব্যেব তেত্নু স্বাদা নির্ব্বিবাদা এব ভবতি।

মতমদুদা ভক্তগী ইন্দ্রি পুম্বনমক তাবগী শক্তিদা লোইনা

পুমশিল্লবা মতমদা ভক্তগী অহুমগুবা আনন্দমূর্চ্ছা হায়বহু ওই। মতমহুদা শ্রীভগবাম্না ইবুঙো মাগী চরণ খদ্বাজ, শ্রীহস্ত, খবাকম-চিংথনা ভক্তগী মশাদা শোকপিহুনা ইবুঙোগী মম্নিওবা মাধুর্য্য—সৌকুমার্য্য হায়বহু কাওহল্লি। দাস্যভাব চেনবা ভক্তগী মকোক্তা শ্রীচরমা শোকপিবা, সখ্যভাব চেনবা ভক্তদা চরমা, শ্রীহস্তনা শোকপিবা, বাৎসল্যভাব চেনবদা শ্রীহস্তনা মপি চৈথোকপিবা, অমসুং মধুরভাব চেনবদা ভক্তগী খবাক্তা ইবুঙোগী খবাকনা ওাবিবা, পাম্বোম অমিনা কোনবিবা অস্তমনা তোই। ভাব খেন্নবগী মতুং ইন্না শ্রীভগবানগী কৃপাগী মওং খেন্নে। অমুক হন্না মম্নিওবা মহামূর্চ্ছা হোৎকপদা ইবুঙো মাগী অধরামৃতবু ভক্তগী লৈতোন্দা কংহনবিবা অমসুং প্রেয়সীগী ভাবতা লৈবা ভক্তদা মানা পামজরিবা রতিভজনগী মওংদা প্রকাশ ওইবিবসি অতৈ মখলগী ভক্তদদি ওইদে। অদুগী তুংদা মমাং মমাংদা ওইখ্রিবা ভাবকী মতৌগুম মতমহুদা ওইরকপা আনন্দমূর্চ্ছাহুনা কল্লবদি করিগুম্বা অতোপ্পা মওং অমদা জ্ঞান তাহনবা ওমত্রবদা শ্রীভগবাম্না ইবুঙো মাগী তরকওবা মাধুর্য্যগী মশক ওইবা ঔদার্য্য ( পিথোকপদ হালেন্লবা ) গুণ অদু কোংদোকপি। সৌন্দর্য্যনচিংবা গুণ খিবিকপু ভক্তগী মিৎনচিংবা ইন্দ্রিশিংনা নমহুনা মতম অমত্তদা মাগী মাগী মকম চানা ইন্দ্রি ইন্দ্রিদুদ য়েখোক্লনা অনুভব তোবহুবু ঔদার্য্য কৌই। মতম-হুদা শ্রীভগবাম্না পিবিরকপা ইজিক্ খঙহুনা মাগী প্রেম অদু অসুম হেজৎলক্লনা অমসুং মহুগা চানা তৃষ্ণা ( থোয়াংবা ) নচিংবসি অসুম হেজৎলক্লনা ইবুঙো মহাকমকনা থাগী মতৌগুমনা ভক্ত অদুদা মিকুপ অমত্তদা আনন্দ সমুদ্রগী ইথক লিশিং লিশিংগী

লীলানা মৈহক্তুনা ভক্তগী থম্মোইবু হনৌ নোনা শেমগৎপিহ্না ইবুঙো মহাকমকনা ভক্তগী পুকনিংগী অধিদেবতা (শেম্নবিবা) ওইবিহ্না ইবুঙো মাগী শক্তিবু অসুমনা শন্দোকপিয়ে মাহুদা ভক্তগী থম্মোইহুদা থুদোংথীবা লৈতনা গুণ খিবিক্তুবু মতম অমত্তদা আস্বাদন তৌবা ঙমজে।

ন চৈবং মনসোহনেকাগ্রত্বেন তত্তদাস্বাদস্যাশক্যতেতি বাচ্যম্। প্রত্যুত সৌন্দর্য্যসৌরভ্যাদীন্ প্রতি সর্ব্বেন্দ্রিয়াণামেব নয়নীভাবশ্রবণীভাবাভ্যা একদৈব বো ভূয়মানা অলৌকিকাচিন্ত্যাত্তুতচমৎকারমেবাভবত্তঃ স্বাদস্যাতি-সান্দ্রত্বমেব কুর্ব্বন্তি। নৈবাত্র তত্র লৌকিকানুভবতর্কদাবদবদোষবকা-শোহপি। অচিন্ত্যাঃ খলু যে ভাবা ন তাংস্তর্কেন যোজয়েদিত্যাদি॥ ২॥

ততশ্চ সৌন্দর্য্যাদীনাং যাবন্তি মাধুর্য্যানি তেষাং সামস্ত্যেনাস্বদ্ভূষাবপি অস্মিন ভক্তচাতকচঞ্চুপুটে জলদবিন্দাবনীব ন মান্তি তানি বিমৃশ্যাহো তর্হি মহ্যেতানি সৌন্দর্য্যাদীংস্তেভাবস্তি কিমর্থং ধৃতানীতি তেষাং সংভোজনায়ৈব সপ্তমং সর্ব্বশক্তিকদম্বপরমাধ্যক্ষয়া আগমাদাবপি বিমলোৎকর্ষিন্যাদীনাম্-ইদিগদলেষু বর্ত্তমানানাং স্বরূপশক্তীনাং মধ্যে এব কর্ণিকায়াং মহারাজচক্রব-র্ত্তিন্যা ইব স্থিতায়া হ্যনুগ্রহাভিধানস্বেনোক্তায়াঃ ভগবতো নয়নারবিন্দ এব আত্মানং ব্যঞ্জয়ন্ত্যাঃ কৃপাশক্তে বিলসিতং কচিৎ দাসাদৌ বাৎসল্যমিতি কচিৎ কারুণ্যামিতি প্রিয়াদৌ চেতোদ্রব ইতি ক্বচিদপি কৃত নাম্নাভিধীয়মান-মুদয়তে।

ভক্তগী মন-না অমুক্তদা হীরম কয়ামরুম্বু মপূংফানা আস্বাদন তৌবা ঙমদে হায়না—আস্বাদন তৌরিবা খিবিক্তু মপূং ফানা আনন্দ ফংবা ঙমদে হায়না থনবা লাল্লি; মরমদি, শ্রীভগবানগী মীনা ঙবা হোৌনজ্রবা রাখলনা লাম্বা ফংজ্রবা শক্তিনা মাগুদা থোক-থিল্লিবা অঙকপা মওংদা ইন্দ্রি পূমনমকপু মতম অমত্তদা মিৎতাক

হেক্ক ওইহনেবা, নাকোংঙাক হেক ওইহনবা অশুমনা ওইহন্দুনা আস্বা-
দন তৌরিবা পোক্তুগী আনন্দশু মপুং ফানা ফংহল্লি। মীনা ওশ্বা হৌন-
রবা হীরম অসিদা মীওইবনা খঙবা ওস্বা তর্ক তৌনবগী মকম লৈতে।
মরমদি, মাসি শাস্ত্রনা য়াদবা ( তৌফদে হায়না থিংলবা ) রাকমনি।

অচগী তুংদা শ্রীভগবানগী মাধুর্য্য মখল কয়া লৈরিবশু মতম
অমত্তদা লোইনা আস্বাদন তৌনিংলবসু ভক্তনা—নোংগী ইশিংশু
লোইনা থকনিংহুনসু নোংগৌবী কৌবী উচেকনা মচিন্দা ম্যাবা
মরিক অমানিতা লৌবশুম—মপুং ফানা লৌবা ক্লমদবা উবদা
শ্রীভগবানা "অদুদি ঐনা সৌন্দর্য্যনচিংবা মাধুর্য্য অমুক হান্না
থাক্কন তৌরুরিবসি করি ফায়গনি" হায়হুনা সৌন্দর্য্যনচিংবা
থিবিকপু লোইনা আস্বাদন তৌজবা ক্লমনবা ইথুক্তো মাগী অত্রেং-
শুবা মাধুর্য্য 'কারুণ্য' হায়বশু মনাই ভক্তগী মকমদা কোংলোকপিরে।
হায়রিবা মাধুর্য্যসিদি শ্রীভগবানগী শক্তি পূমনমক্কী মকোক ওইনা
আগমনচিংবদা হায়রিবা বিমলা, উৎকর্ষিণীনচিংবা দিগদল নিপান্দা
লৈরিবা স্বরূপশক্তি নিপানগী ময়ায়দা লৈরিবা কর্ণিকায়া ( থম্বালগী
থমচেক্তা ) অখোইবী ওইনা লৈহুনা ভগবানগী ভক্তগী মকমদনা
'অনুগ্রহ' ( থৌজাল ) হায়না খঙনহুনা শ্রীভগবানগী নয়ন থম্বান্দা
প্রকাশ তৌহনা করিগুম্বদসু দাসশিংদা কৃপাশক্তিগী বিলাস, করি-
গুম্বদনা মাতৃশিংগী বাৎসল্য, করিগুম্বদনা থম্মোইবু মহীলাঙহনবী
আকর্ষণীশক্তি অমসুং অতৈ করিগুম্বা মতমদা অম্তোপ্পা করিগুম্বা
মমিং কৌহুনা পামজ পামজবা মওংদা উদয় ওইবনি।

অথৈব কৃপাশক্ত্যা সর্ব্ব-ব্যাধিরূপি জীবাত্মাপকর্ষকঃ সাধু আকর্ষক

রজিত। পরমাত্মারামানপি মহাচমৎকৃতিভূমীরধ্যারোহয়তি। যদৈব ভগবতো ভক্তবাৎসল্যং নাম এক এব গুণঃ সম্রাড়িব প্রথমস্কন্ধে পৃথিব্যোক্তান্ স্বরূপভূতান্ সত্যশৌচাদীন্ কল্যাণগুণান্ শাস্তি। মোহস্তন্দ্রা ভ্রমো রুক্ষরসতা কাম উল্বনঃ। লোলতা মদমাৎসর্য্যে হিংসা খেদপরিশ্রমৌ। অসত্যং ক্রোধ আকাঙ্ক্ষা আশঙ্কা বিশ্ববিভ্রমঃ। বিষমত্বং পরাপেক্ষা দোষা অষ্টাদশোদিতাঃ। অষ্টাদশমহাদোষৈরহিতা ভগবত্তনুরিতি। ভগবতি সর্ব্বথা নিষিদ্ধা অপ্যেতে দোষা যদনুরোধেন রামকৃষ্ণাদ্যবতারেষু কচিৎ কচিদ্বিদ্যমানা এব সন্তো ভক্তৈরনুভূয়মানা মহাগুণায়ন্তে। তদ্ভক্ত সর্ব্বাণ্যেব তদ্বিতীর্ণানি সৌন্দর্য্যাদীন্যাস্বাদয়িতুং শক্নোষি ভক্তে আস্বাদয়াব চ তাং তাং চমৎকৃতিপরমকাষ্ঠামধিরোহ্যাধিরুহ্য চাশ্রুতচরং ভগবতো ভক্তবাৎ-সল্যমিদমিবেতি মনসা মুহুর্মুহুরেবানুভূয় দ্রবীভাবমাসেদুষি তস্মিন্নরে ভক্ত-ভবর্ধ্য বহূনি জন্মানি মদর্থং দারাগারধনাদিকং পরিত্যজ্য মৎপরিচর্য্যানু-রোধেন শীতবাতক্ষুধাতৃষ্ণাব্যথাময়াদীন্ বহূনেব ক্লেশান্ সোঢ়বতে জনাব-মানাদীনপ্যবগণিতবতে ভক্তুর্ধ্যাং গৃহীতবতে ভবতে কিমপি দাতুমশক্নুবন্ ঋণী কেবলমভূবম্।

কৃপাশক্তি অসিমকনা ইবুঙো মাগী মককদা শীনবা থুংনা লৈরিবী ইচ্ছাশক্তিবু সাধুশিংগী মফমদা নিংথিনা ফোংদোকপিহুনা আত্মারামশিংমকপুসু চকহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণভজন্দা মমায় ওনশিলহল্লি। কৃপাশক্তি অসিমকনা মমায় চুমহুনা ( থুঞ্জী পায়হুনা ) শ্রীভগবানগী ভক্তবাৎসল্য কৌবা গুণা শ্রীমদ্ভাগবতকা অহানবা স্কন্ধদা পৃথিবীনা হায়খিবা ইবুঙো মাগী স্বরূপ ওইবা সত্য (অচুম্বা), শৌচ (অশেংবা) অসিনচিংবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা গুণ খিবিকপু নিংথৌরেনগী মতৌগুমনা শাসন তৌই। হায়বদি সত্য-শৌচনচিংবা গুনশিংসি ভগবানগী ভক্তবাৎসল্য গুনগী শক্ষক ( মচেৎ ) ওইনা কোংদোক-

পনি, অদুগা হায়রিবা ভক্তবাৎসল্য অদুমক ইবুঙোগী কৃপা শক্তিগী অংশনি। দোষ মখল তরানিপান্নি—মোহ ( ঙকপা ), তন্দ্রা ( উইবা, তনবা ), ভ্রম ( অকাউবা ), রুক্ষরসতা ( তমথিবা ) তীব্র-কাম ( অকনবা কাম ), লোলতা ( লোভী ওইবা), মদ (ময়াই কাবা), মাৎসর্য্য (নাপল), হিংসা, খেদ (পুকনিংগী অরাবা), পরিশ্রম ( হকচাংগী অরাবা ), অসত্য (চুমদবা), ক্রোধ (অশাউবা) আকাঙ্ক্ষা ( হেম্জিন্না পাম্বা ), আশঙ্কা ( চিংনবা ), বিশ্ববিভ্রম ( তেংবানবগী বিলাস ), বিষমত্ব ( পুকচেল কনবা ) অমসুং পরা-পেক্ষা ( মীগী মা ঙাইবা )। শ্রীভগবানগী গুণদি দোষ মখল ১৮ সি মাওত্রবনি হায়না শাস্ত্রনা হায়রি। দোষ মখল ১৮ সি শ্রীভগ-বান্দা সুকনৈ লৈবা য়াদে হায়না শাস্ত্রনা লাউথুনসু, কারুণ্যগুণা মরম ওইত্না রামকৃষ্ণনচিংবা অবতারদা করি করিগুম্বা য়াওই হায়না ভক্তশিংনা উবৈ অমসুং মতমথুদা মখোইথু মঁহাগুণ ওই। শ্রীভগবান্না শশোকপিরকপা সৌন্দর্য্যনচিংবা গুণবু আস্বাদন তৌনবগীদমক তেজ লৈবা ভক্তনা গুণ থিবিক্তু হন্না হন্না চুপচরগা গুণ গুন্দুগী অঙকপগী অমৌবী থাক হন্না হন্না কংজত্না ভগবানগী ভক্তবাৎসল্য গুণবু তশেংনা মিৎনা উৎগুম মপুকনিংদা কাওত্না মাগী থম্মোইথু মহী চেল্লি। মতম অদুদা শ্রীভগবান্না ভক্তথুদা অসুমনা তাকপি, "হে ভক্ত অখোইবা! নংনা মপোক কয়াদা খেংনত্রবা নংবু থওইবি-দবত্তবু করিসু থম্লুদে, ভিক্ষাগী মওংদা নপুম্জি লেপ্লে, ঐনদি অমুম তৌরিবা নওন্দা করিসু পীবা ঙমদবনা ঐ অসি নংগী লমখল তোল্লে।"

সার্ব্বভৌমপদাদয়েভ্যো যোগসিদ্ধ্যাদিকঞ্চ ন ভবদুৎকপাধিক্য অথবা কথং

বিক্রীণীয়াম্বি। বহি বহি পতঙ্গ্যা বোচ্যমানং খাদ্যতুষবুষাদিকং কষ্টমচিন্ত-হৃদয়ায় দীয়তে। তদহমদ্বিতোঽপি ভবতাধুনা বিত্ত এব, বর্ত্তে বর্ত্তে তবৎসৌশীল্যবর্ত্মীং সমস্যবন্ধনম্ ইতি ভগবতো বাঙমাধুরীং পরমমিষ্টবর্ণাং কর্ণাবতংসীকৃত্য প্রভো ভগবান্ কৃপাপারাবার ঘোরসংসারপ্রবাহ-প্রাপিতক্লেশচক্রনক্র ব্যূহচর্ব্ব্যমানং মাং বিলোক্য কারুণ্যোত্তরচে-তোমবনীতোঽখিল লোকাতীতো ভগবন্ শ্রীগুরুরূপধারী মদনাস্ববিত্তাবি-দাবী যদর্শনেন সুদর্শনেনৈব তন্নির্ভিদ্য তদংষ্ট্রাভঠরেবোদ্ধোত্য নিজচরণকম-লমূলপরাগীচিকীর্ষয়া কর্ণযুগবীথীং মৎকর্ণবীথীং প্রবেশ্য নির্য্যাকৃত্য মুহু-রপি [illegible]নামশ্রবণকীর্ত্তনস্মরণাদিভির্মাং [illegible]তৈরপি সতর্কিতৈঃ [illegible] দুর্বোধো[illegible] [illegible]মপি ন প্রভুং পর্য্যচয়ং কার্য্যাচর্য্যতদয়ং অনেন দণ্ডয়িতুমেবার্হঃ প্রভুমৈত্তাবদর্শনমাধুরীং পায়িতঃ। কিন্তু [illegible]মীতি শ্রীমুখবাক্য প্রভুবরেণ বিক্রীণীতোঽস্মীতি মত্বে-হহং তৎ কিং করোমি পঞ্চ বা সপ্তাষ্টাথবা লক্ষকোটয়োঽপি মতপরাধা ভবেয়ুস্তদপি তাং সম্প্রতি ক্ষময়িতুং ধার্ষ্ট্যমালম্বেত মাম।

"পৃথিবী পূবগী মকোক ওইবা, ব্রহ্মাণ্ড মশক ওইবা, বোগন্দ শিন্দি [illegible] অসিমচিংবসি নহাক্তী করিশু পাগ্গা নত্তে। অদুনা নহোলা ঐনা মথোইসি করম্না পিরুগনি? থাগী চিঞ্জাক মাপি, রাইথচিংথবু মীদা কয়মনা পীরগনি? ময়মসিদা ঐ অসি মীনা মায়থীবা শীথা তমদবা ওইরবদু মংনদি অদু তৌরে—নংগী মঙলনবু ঐনা নিংলে।" অসিগুম্বা নিংথিজরবা রাইহেগী মাধুর্য্যসিন্ নাওলেংগী থৈতেং ওইহল্লা ভক্তনা হায়রকৈ, "হে প্রভো! হে ভগবন্! হে পৌরাণগী মালক ওইবা! নহাইরু মালবা সংসারগী ইচেম্পা চেহরে অমসুং তমথীরবা লাইরেম্না চিকলহৃনা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] মরী [illegible]

রূপেণ সমীক্ষিতশ্রীমূর্ত্তিরূপেণ বৈভবেন ভবেন তর্জ্জ্যমানা বৈর্য্যবহিতা গৌরিব যে গৌঃ শ্রীমৎসৌন্দর্য্যামৃতমাধুর্য্যপানামৃতবৈমুখ্যবিস্তৃতং ন প্রভবিষ্যতীত্যেবং বহুবিধং সংশতি তস্মিন্নতিপ্রসন্নেন ভগবতা পুনরপি প্রেমভাবিতাবনতস্ত যথাসম্ভবম্ অভীপ্সিতং তদাত্মিকতৎস্ববিলাসবিলক্ষিতং শ্রীবৃন্দাবনং তদন্তঃস্থিতং মহাযোগপীঠং স্বপ্রেয়সীবৃন্দমুখ্যাং শ্রীবৃষভানুনন্দিনীং তৎসখীঃ শ্রীললিতাদ্যাস্তৎকিঙ্করীরপি স্ববয়স্যান্ শ্রীসুবলাদীন্ যথাস্থানং বৈচিত্রীঞ্চ শ্রীযমুনাং শ্রীগোবর্দ্ধনং ভাণ্ডীরক নন্দীশ্বরগিরিং স্বপিতৃজননীভ্রাতৃবন্ধুদাসাদীন্ সর্ব্বানেব ব্রজৌকসো যদোৎকর্ষেণ দর্শয়িত্বা তত্তদানন্দমহামোহতরঙ্গিতাং তং নিজীকৃত্য স্বয়ং পরিকরেণান্তর্ধীয়তে।

"ননাইগী অপরাধদি মপীং নাইখিজে। লিরবা অপরাধশিংতুদি ওন্থোকনা কনখ্রে—ভোগ তৌখিবগী কল মচিং লেমহৌবতুগীন্থ কলভোগ তৌজগে। শ্রীঅঙ্গবু নোংপোক্তা নৌনা হোৎকপা নোংগা, থম্বাল অশংবগা অমদি নীলমণিগা, শ্রীমুখবু থাংগা, শ্রীচরণগী নিংখিজববু উনা য়েম্নিং অনৌবগা চাংদমনরুবদি—মনাগী চীংবু হঙ্গামমন্না অচৌবা ভংথায়গা, চিন্তামণিবু হরাই মরুপা, নোংশাবু লমহুইগা অমদি গরুড়বু কাওগা মাচৈ থনবত্না পওনবা ঐনা অপরাধ তৌখিবা খিবিক্ত্ হৌজিক্তা থওজয়কলি। ইবুঙোবু লৈসি লৈথোঙ্গরিবনি হায়তুনা ইশাগী অপও বহুবু কবিগী কজরবা মাহেনি হায়না মীভোন্দা উৎচক্রবে। অসিদগীদি ননাইগী মিৎ অসিদা ওহাক্তংদং দর্শন পংতখিবা শ্রীমূর্ত্তিগী রূপ, বৈভব অমসুং যেগনা ভাওহন্দুনা গর্ত্তনা দুমলবা শনবীওম ননাইগী মাচৈম অমুক কলৌচৈদনু শ্রীমূর্ত্তিগী মিংথিবগী কমলভাবু চাংদননবা কৌবা দুনা চৈনা (মথক পীরনবা) ওমজয়রোই।" ভজনা মতৌ

অসুমনা মথল মথা য়ামনা চোইরে'নগুম লোল্লবদা শ্রীভগবান্না পেনবিরহুনা অমুক হন্না প্রেয়সীনচিংবগী ভাবতা চঙলবা ভক্তগী মকমদা মানা মানা নিংজবা পামজবা মতুং ইন্না মতম মতমগী ইবুঙো মাগী বিলাস উৎলবা—শ্রীবৃন্দাবনগী কল্পবৃক্ষ, মহাযোগ-পীঠদা ইবুঙোগী প্রেয়সীশিংগী মকোক ওইরিবী শ্রীমতি বৃষভানু-নন্দিনী, ললিতানচিংবী ইবেম্মগী সখীশিং, সখীশিংগী তুংইনবীশিং, সুবলনচিংবা ইবুঙোগী সখাশিং, ইবুঙোবু শেন্নবী দাসীশিং, শ্রীযমুনা, শ্রীগোবর্দ্ধন, ভাণ্ডীরবন, নন্দীশ্বরগিরি, মাহুদা লৈবা নন্দ-যশোদা, দাউজী, দাসনচিংবা ব্রজবাসী খিবিক রসনা মপুং ওইনা দর্শন পীবিরগা ননাই ভক্তবু দর্শনদুদগী পোকপা আনন্দগী শুম্বাৎপগী ঈচেল্দা লুপহনবিরগা পরিকরগা লোয়ননা অন্তর্দ্ধান ওইবিখি।

ততশ্চ কিয়দ্ভিঃ ক্ষণৈর্লব্ধপ্রবোধঃ পুনরপি প্রভুং দিদৃক্ষুর্লোচনমুদ্রা-মুন্মোচ্য, তং নাবলোকয়ন্নানন্দভঙ্গবিক্লবীভবন্ কিময়ং স্বপ্ন আলোকিতঃ, নহি নহি শয্যালস্যনয়নকালুষ্যাদ্যভাবাৎ, কিমিয়ং কস্যচিন্মায়া বা, নহি নহি এতাদৃশানন্দস্য মায়িকত্বাসম্ভবাৎ, কিংবা চিত্তস্যৈব ভ্রমময়ী কাপি বৃত্তিঃ নহি নহি ভ্রমবিক্ষেপাদ্যননুভবাৎ, কিংবা মনোরথপরিপাকপ্রাপ্তোহয়ং বস্তুবিশেষঃ, নহি নহি তাদৃশপদার্থস্য সীমোহপি কদাপি মনোরথেনাধি-রোঢুমশক্যত্বাৎ স্ফূর্ত্তিলক্ষণোহয়ং ভগবৎসাক্ষাৎকারো বা, নহি নহি সম্প্রতি সর্ব্বধানাভ্যঃ পূর্ব্বপূর্ব্বানুভূতাভ্যঃ স্ফূর্ত্তিভ্যোহস্যাভিবৈলক্ষণ্যাৎ, ইত্যেবং বিবি-ধমেব সংশয়ানঃ, শয়ান এব ধূলিধোরণিধূসরায়াং ধরণৌ, যথা তথাস্তু পুনর-পি তদ্দর্শনং মে ভূয়াদিতি মুহুরাশাসানোহপি তদলভমানঃ খিদ্যন্ লুঠন্ রুদন্ গাত্রাণি ক্ষপয়ন্ মূর্চ্ছয়ন্ প্রবুধ্যমান উত্তিষ্ঠন্ উপবিশন্ অভিক্রন্দন্ ক্রোশ-ন্নুন্মত্ত ইব ক্ষণং তূষ্ণীমাসীনো ক্ষণং লুপ্তনিত্যক্রিয়ো ভ্রষ্টাচার ইব ক্ষণং অসম্বদ্ধং প্রলপন্ গ্রহগ্রস্ত ইব ক্ষণং কথাজিজ্ঞাসকায় নিভৃতং পৃচ্ছতে

ভক্তজনায় যবদ্বে যাহুভূতমৰ্থং ক্রবাণঃ ক্ষণং প্রকিভিষ্ট ইব নথে ভূমি-তাপ! ভগবৎসাক্ষাৎকায় এবায়ং ভবাতবদিতি, তেন মুক্ত্যা প্রত্যেতমানো ভবরেব।

অহুগী ভুংদা ভক্তহু ওহাক লৈরপা জ্ঞান তারকলবদা শ্রীভগবানবু দর্শন ফংনিংহুনা কোইয়েং য়েংবদা দর্শন ফংত্রবদা পিনা পুগচোৎ চোৎলহুনা খল্লকই, ঐবু মঙ্ মঙ্লুব্রা? ভূমলুবা ওইরবদি হকচাং তম্ববা, মিৎ উইক্রুম উইক্রুম তোবা হৌনৈ, অহুস্ত তোদে। অহুনদি মঙ্ নত্তে। অহু ওইরবদি কনাগুম্বগী মায়ারা! মাহুস্ত ওইবা য়ারোই! মরমদি অহুক মুত্তাইশ্ববা আনন্দহুবু মায়াগী পোৎ ওইবদি ওইথোক্তে। অহুদি ঐগী থম্মোইগী ভ্রমলা? মাহুস্ত ওইবা য়াদে। মরমদি অহু ওইরপদি থম্মোইদা ভ্রমহু হর্ষিনখিবগী খুদম অমস্তুং তথক তথকপা লৈগদবনি। অহুস্ত ওইদে অহুদি ঐনা পামজবহুগী মহৈ ওইনা তাবনা শাবরা? মহুস্ত নত্তে—মরমদি অহুগুম্বগী পোৎশকনা থম্মোইদা অম্রপ মুত্তাইবা পিবা তমলোই। অহুদি শ্রীভগবানমকনা স্ফূর্ত্তি ওইবিহুনা কংজরবা দর্শন ওইগত্রা? অহুবু মাহুদি ওহোকনা অভাত্তবনিদকো!" অস্তুমনা মথল কয়া খোকনা চিংনবা পোক্তুনা লৈপাক্তা ওন্দুনে হয়া হয়া দর্শন অহু অমুকা ফংজগে হায়না প্রার্থনা তৌজরবদস্তু মফংত্রবদা অরাবা কোং-দোকহুনা লৈপাক্তা ওন্নে—কপ লাউহুনা মশাহু থোগাইরে, মূর্চ্ছা অমুক ওই, অমুক মিকপ থোকই, অমুক হৌগৎলি, অমুক কমই, অত্তাওবগুম থোজেল য়াংনা কপই, নোংমগী তৌকম থোকপা নিত্য-ক্রিয়া থাদোকই, অমুকস্তু অশিংবা জ্ঞানীগুমনা চুমিরা লৈ, অমুকস্তু

ভূত চঙলবদোনা চোইরোল লোম্লি, কনাগুম্বা চায়বা ভক্তশিংনা থেমজিন্দুনা অচিকপদা হংলগম্ভ মানা ওইরুবা অবস্থাদু তমই। মীহুনা যুক্তি পীহুনা "মরূপ! ভাগ্য লৈবনা শ্রীভগবানবু সাক্ষাৎ দর্শন তৌজরবনি" অম্নুম হায়রবদা ওহাক্তি হম্বরবগুম থেমজিল-লিবহুদা হরাওজে।

হন্ত তর্হি কথমেব পুনর্ন ভবতীতি তদৈব বিষীদন্, হন্ত কতচিম্মহানুভাবচূড়ামণের্মহাভাগবতস্য কাপি কৃপাবিভাবপরিণতির্বাদুর্ভগস্যাপি মে ভগবৎপরিচর্য্যায়া ঘুণাক্ষরন্যায়েন বা কস্মিংশ্চিদ্দিবসে কথঞ্চিদুৎপন্নায়া নিষ্কৈতবতায়াঃ ফলমিদং বা, কিংবা বৈগুণ্যসমুদ্রেঽপি ক্ষুদ্রে ময়ি ভগবদনুকম্পায়া নিরুপাধিত্বমেব মূর্ত্তং প্রকটীবভূব, হন্ত হন্ত কেন বা অনির্ব্বচনীয়-ভাগ্যেন স্বয়ং হস্তপ্রাপ্তো নিধিরজনি, কেন বা মহাপরাধেন ভ্রংশ্যতম ইতি নিশ্চেতুং নিশ্চেতনোঽহং ন প্রভবামি ওবাধাবাধিতধীঃ, ক যামি কিংবা করোমি কমুপায়মত্র কমূহ বা পৃচ্ছামি মহাশূন্যমিব নিরাত্মকমিব নিঃশরণমিব দাবপ্লুষ্টমিব মাং নিগিলদিব ত্রিভুবনমবলোকে লোকেভ্যো নিঃসৃত্য ভদেভ্যঃ ক্ষণং বিবিক্তে প্রণিদধামীতি।

অমুক হয়না, "ওম্বোকপনি! দর্শন অদু অমুক কংত্রিবসি করিননো" অম্নুমনা থম্দুনা মমায় মকশিন্দুনা হায়রকই, "ওম্বোক-পনি! কনাগুম্বা শ্রীভগবানগী কৃপা ফংলবা পুকচেল চাউরবা মহাপুরুষ অমগী কৃপানা ঐঙোন্দা অবস্থাদু ওইখিবনি। ঐনদি লাইবকথীবা মরমনা করিগুম্বা মতমদসু ওহাকুংদসু শ্রীভগবানগী সেবা তৌজখিত্রি, করিগুম্বা হুমিং অমদা করিগুম্বা মরম অমদগী শ্রীভগবানগী অহৈতুকী ( মরম থোইনা লৈতবা হায়রা ) কৃপানা

প্রথম ওইহুনা কংজখিবা ওইবা তাই; নজ্রগা ওয়রৈনবা গুণগী সমুদ্রদা লৈরবা পিকলবা জীব ঐহোক্না অহুগুম্বা খোঞ্জাল অহুনা মরম ওইহুনা শ্রীভগবানগী খোঞ্জাল হায়বসি উপাধি লৈতে হায়বদি অহুম তৌরগা কংই হায়বা লৈবা হৌনদে হায়বসি উৎপিগে হায়হুনা ননাইদা শ্রীমূর্ত্তি ওইনা দর্শন পিনবিবরা! ওহোকপনি করম্বা হায়বা খোক্তুবা লাইবকনা মরম ওইহুনা মমল য়ামলবা মণিবু চখুত্তা পায়জরমলে। অহুগা করম্বা মহাপরাধ লৈজক্লহুনা নাম্বোকখ্রবা? ঐ অসি ওহোকনা পঙলে, কৌরম অসিদা করি- মতম লেপ্প ৎমজ্জত্র, খুদোংথীরবসিদদি বুদ্ধি খোক্তে, ঐবু কদাইদা চৎসিবা? করি তৌসিবা? কনাদবু হংলুসবা? তেংবানবসি মহাশূন্য ওইনা ইহাঙ্হ ভগ্রে. মরমতা শাগৈনাত্তে কনাসু লৈত্রে, চঙক্কম লৈত্রে. লমৈন চাকশিল্লকপগুমনা মরোল অহম্মকসিনা ঐবু য়োংকদকগী মত্তগুংখ্রে। খ্বাউ ত্তিম্ববা মরকসিদগী লাপ- খোকখিহুন মী লৈতবা অচিকপা মকমদা চেঞ্জখ্রগে।”

তথা কুর্ব্বন্ হা প্রেষ্ঠ সুন্দরমুখারবিন্দমাধুরীক, সুধাধারাধুরীন, আবিদ্ধ-বাদিত-নিখিল-বশিন শ্রীবিগ্রহবর. পরিমল-বনমাল চটুলতালিজাল পুনরপি ক্বাপি ভক্তভবতঃ দৃশ্যাসং; সকৃদেব চ বাঞ্ছিত এব. বাঞ্ছিত-তন্মাধুর্য্যানুভবেনমক্তার্থ যস্ত্যে ইতি বিলপন্ লুঠন্ শ্বসন্ মূর্চ্ছন্ মাছন্ প্রক্ষিতিমমেব তং পশ্যন হসান্ প্রধান প্রসম্ভূত গাইন্ পুনঃপ্যান কম্পমো- হভূতপূর্ব কল্পন্ অলৌকিকং চিত্ত এব মূর্ত্তি নয়ন্ স্বদেহেহপ্যস্তু নাস্তি বা মাতুসন্ধত্তে। তস্ক্চ সময়ে পশুতা পচ্ছতুং স্বদেহং ন জানন্ মহাভ্যর্থিতঃ স এব করুণাবরুণালয়স্তৈব প্রত্যক্ষ ভুয় সাক্ষাৎ সেবায়াং মাং নিযুঞ্জানঃ স্তবকং নয়তীতি জানন্ কৃতকৃত্যো ভক্তো ভবতীতি।

আদৌ শ্রদ্ধা ততঃ সাধুসঙ্গোঽথ ভজনক্রিয়া।
ততোঽনর্থনিবৃত্তিশ্চ ততো নিষ্ঠা রুচিস্ততঃ॥
অথাসক্তিস্ততো ভাবস্ততঃ প্রেমাভ্যুদঞ্চতি। ১) ইত্যর্থঃ সাধুব্বিবৃতঃ।

অদুমনা অচিকপদা চংখ্রগা ভক্তনা হায়রি, "হে প্রভো! হে নিংথিজবা! মাইথেং থম্বাম্না পুকনি হুব! অথোইবা অমৃতগী মশক ওইবা! উমং অপুম্বসিবু মক্তব হঙ্গংহল্লবা ইবুঙো নহাকী সৌন্দর্য্যনা উমং অ'সবু শ্রীবৃন্দাবন ওইহনবিরে। ইবুঙোগী ভকশমদা থোম্লিবা বনমালাগী মনমনা ভাওরহনা থোইমু মপৈনা মাইকৈ মরিদা কোয়না পাইরি! ননাইনা করম তৌনা অমুক হন্না ইবুঙোগী মাধুর্য্যগী অমৃতবু আস্বাদন তৌবা ফংজারিবা! ননাইনা ইবুঙোগী চাংদমনিঙাই লৈত্রবা মাধুর্য্যংবু ফংজনবগীদমক ইবুঙোদা হায়জবসিবু ঐবু অমুক ঙম্মরেইত্র?' অসুমনা ভক্তনা কপনা কপনা, মুংশাসোরমপী হোন্দুনা নোকই, অমুকস্তু হেক দর্শন ফংদ্রবনা অনুতাপ তৌই—কপই মতৌ অসুমনা মীনা তৌবা হৌনত্রব চেষ্টা কয়া তৌহনা মতম অসুম লেপ্লকপদা মশাগী দেহদুবু লৈরিত্রা লৈত্রবরা শঙদে থিস্ত থিদে—খল্লুদে। অদুগী তুংদা ভক্তনা মতম চারবদা দেহত্যাগ তৌত্রনা মশাগী শরীরগী মরমদা করিগুম্বা জ্ঞান লৈত্রবনা "ঐনা নিজরিবা ইবুঙো মাগী মফমদা ঐবু পুবিরগনি" অসুমনা মপুক্তা অশেংনা থজকরক্তনা তৌজবগী মহৈ য়াল্লি। অহানবদা শ্রদ্ধা (পুকনিংনা থাজবা), মথংদা সাধুসঙ্গ, মথংদা ভজনক্রিয়া, মথংদা অনর্থনিবৃত্তি (অমাঙবা অকায়বগী মশাক ওইবা কয়া কোকপা), মথংদা ভজন তৌজগদৌরিবা হৈরমদা নিষ্ঠা (লেঙদবা থাজবা) পোকপা, মথংদা মহুদা রুচি (থমথেম্না

(১) ভক্তিরসামৃতসিন্ধু পূর্ববিভাগ প্রেমভক্তি। ১১।

পামশিনবা ) পোকলকই। অতুগী তুংদা আসক্তি ( পুকনিং নাম্বোকপা লৈতনা নপশিনবা ), মথংদা ভাব অমসুং অরোইবদা প্রেম পোকই—অসুমনা শাস্ত্রনা ক্রম পীরমলিবসি অচুম্বনি।

অতোঽপি যথোত্তরস্বাদুবৈশিষ্ট্যভাজিত-স্নেহমান প্রণয়-রাগানুরাগ-মহাভাবাখ্যানি ভক্তিকল্পবল্ল্যাঃ উর্দ্ধোর্দ্ধপল্লবগামীনি ফলানি সন্তি। ন তেষামাস্বাদ-সম্পদোষ্ণশৈত্য-সংমর্দ্দসহঃ সাধকস্য দেহো ভবেদিতি ন তেষাং তত্র প্রাকট্যসম্ভব ইতি ন তান্যত্র বিবৃতানি। কিঞ্চেহ রুচ্যাসক্তিভাব-প্রেম-সুলক্ষয়িত্বা সাক্ষাদনুভব-গোচরতাং প্রাপিতেষু তত্র সন্ত্যপি ভূয়ীনি প্রমাণানি নোপন্যস্তানি। প্রমাণাপেক্ষায়া হ্যনুভবস্যাপারব্যাপাদকত্বাৎ। কিঞ্চ তাস্বপেক্ষাপি চেৎ "তস্মিংস্তদা লব্ধরুচের্মহামতেঃ" ইতি (১) রুচৌ "গুণেষু শক্তং বন্ধায় রতং বা পুংসি মুক্তয়ে" ২) ইত্যাসক্তৌ—"প্রিয়শ্রবস্যঙ্গ মমাভবদ্রতিরিতি" (৩) রতৌ প্রেমাতিভর-নির্ভিন্নপুলকাঙ্গোঽতিনির্বৃত" ইতি প্রেমণি "তা যে পিবন্ত্যবিতৃষো নৃপ গাঢ়কর্ণৈস্তান্ন স্পৃশন্ত্যশন তৃড়্-ভয়শোক-মোহ" ইতিরুচ্যনুভাবে "গায়ন্ বিলজ্জো বিচরেদসঙ্গ" ইতি আসক্ত্যভাবে "যথা ভ্রাম্যত্যয়ো ব্রহ্মন স্বয়মাকর্ষসন্নিধৌ। তথা মে ভ্রাম্যতে চেতশ্চক্রপাণের্যদৃচ্ছয়েতি" রত্যনুভাবে।

অসিগী মথংদা থাক থাক মহাও হেল্লবা—স্নেহ, মান, প্রণয়, রাগ, অনুরাগ, মহাভাব কৌবা ভক্তি কৌবা কল্পলতাগী মতোনগী মনারক্তা পানবা উহৈ লৈরি। সাধকদেহ অসিনদি মথোইসি আস্বাদন তৌবদা থেংনগদবা অশাবা, অঙীংবা অমসুং অকনবা শক্তিতু থাঙবা ওসগী শক্তি লৈতে। মরম অসিনা সাধক-দেহ অসিদা মথোই অসি ফাওরকপাদি ওইবা য়াদবনিনা ময়ামসিগী মরমদি শম্বোকনা হায়ত্রে। মতাং অসিদা রুচি, আসক্তি, ভাব অমসুং প্রেমগী লক্ষণ লেপ্পা অমসুং মথোইগী হাকথেংননা ফাওবগী

রা স্থায়িত্বব্যসিনি। মসিগী মরমদা প্রমাণ রামনা পিনিস্তাই দৈ, অত্বরু মক্ষমসিদা হাপচিন্দ্রে। অত্রমকপু কনাগুষনা প্রমাণ পামল-বদি হায়ত্তনা থরদি পল্লি—শ্রীমদ্ভাগবতকী ১। ৫। ২৭ তা রুচিগী মরমদা "তস্মিংস্তদা লব্ধরুচে মহামতেঃ"—৩। ২৫। ১৫ দা আস-ক্তিগী মরমদা "গুণেষু শক্তং বন্ধায় রতং বা পুংসি মুক্তয়ে"—১। ৫। ২৬ তা রতিগী মরমদা "প্রিয়শ্রবস্যঙ্গ মমাভবদ্রতি"—প্রেমগী মরমদা "প্রেমাতিভরনির্ভিন্ন পুলকাঙ্গো হতিনির্বৃতো"— রুচিগী অনুভাবতা 'তা যে পিবন্ত্যবিতৃষো নৃপ গাঢ়কর্ণৈস্তান্ন স্পৃশন্ত্য-শনতৃড় ভয় শোক মোহ'—আসক্তিগী অনুভাবতা

"গায়ন্ বিলজ্জো বিচরেদসঙ্গ"—রতি অনুভাবতা—

"যথা ভ্রাম্যতয়ো ব্রহ্মন্ স্বয়মাকর্ষসন্নিধৌ।

তথা মে ভ্রাম্যতে চেতশ্চক্রপানের্যদৃচ্ছয়া॥"

"এবং ব্রতঃ" ইত্যত্র "হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়তীতি" প্রেমোহনুভাবে "আহূত এব মে শীঘ্রং দর্শনং যাতি চেতসা" তি তত্রস্ফূর্তৌ "পশুন্তি তে মে রুচিরাণ্যম্ব সন্ত" (১) ইতি সাক্ষাৎদর্শনে "তৈর্দর্শনীয়াবয়বৈরুদারবিলাসহাসেক্ষিতবামসূক্তৈঃ" (২) ইতি তদ্দর্শনস্য "স্বভাবে বালো যথা পরিবৃতং মদিরামদান্ধ" ইতি চেষ্টায়াং প্রমাণান্যনুসন্ধায় বিচারয়িতব্যানি। অত্রেদং তত্ত্বং—"অহংকারস্য দ্বে বৃত্তী অহন্তা মমতা চেতি।" তয়োর্জ্ঞানেন লয়ে মোক্ষঃ দেহগেহাদিবিষয়ত্বে বন্ধঃ অহং প্রভোর্জনঃ সেবকোহস্মি সেব্যো মে প্রভুর্ভগবান সপরিকর এব রূপগুণমাধুরীমহোদধিরিতি পার্ষদরূপবিগ্রহ-ভগবদ্বিগ্রহাদিবিষয়ত্বে প্রেমা স হি বন্ধমোক্ষাভ্যাং বিলক্ষণ এব পুরুষার্থচূড়ামণিরিত্যুচ্যতে। তত্র ক্রমঃ। অহন্তামমতয়োর্ব্যবহা-

(১) ভাঃ ৩। ২৫। ৩৫

(২) " ৩। ২৫। ৩৬

রিক্যাযেব বৃত্তাবতি সান্দ্রায়াং সত্যাং সংসার এব, অহং বৈষ্ণবো ভূত্বাহং প্রভু যে ভগবান সেব্যো ভবত্বিতি যদ্‌চ্ছয়্যাং শ্রদ্ধাকণিকায়ং সত্যাং তত্ত্বেঃ পারমার্থিকত্বপক্ষে তত্তাবধিকার ব্যবহারে সান্দ্রত্ব। ততঃ সংধু-সঙ্গে সতি পারমার্থিকত্বপক্ষস্য সান্দ্রত্ব ব্যবহারে আত্যন্তিকী ভজে ভজ-ক্রিয়া-য়ানিষ্ঠিতায়াং সত্যাং দ্বয়োঃ পরমার্থে বস্তুন্যেকদেশব্যাপিনী বৃত্তিঃ ব্যবহারে পূর্ণা এবা তস্যাং নিষ্ঠিতায়া প্রাপ্তিক্যেব।

"এবং ব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা হসত্যথো……" হায়ব শ্লোক অসিগী "হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়তীতি" হায়বা শরুকনা প্রেমগী অনুভাবকী, আহূত ইব মে শীঘ্রং দর্শনং যাতি চেতসা' হায়বসিনা স্ফূর্ত্তিগী, "পশ্যন্তি তে মে রুচি রাণ্যম্বসন্ত" (১) হায়ব-সিনা সাক্ষাদ্দর্শনগী, 'স্বভাবে বাসো যথা পরিবৃতং মদিরামদান্ধ" হায়বসিনা চেষ্টাগী প্রমাণ ওই। শ্লোকশিং অসি থিহনা নৈনরগা প্রমাণগী বিচার তৌবা য়াই।

মসিগী মরু ওইবা তত্বদি অসিনি:— অহঙ্কারগী লমচৎ অনিনি— অহন্তা (ঐ হায়বা) অমসুং মমতা (ঐগী হায়বা)। জ্ঞানগী পাদৈনা অহঙ্কারহু মাঙশিন্নরুগা জীবগী মোক্ষ (লানবা) হায়বহু ওই অমসুং য়ুম-হকচাংনচিংবা হীরমদা লৈরবদি জীবগী বন্ধন হায়বহু ওই। 'ঐ অসি ইবুঙোগী ওইবা মীশকনি, ইবুঙোগী মনাই সপরিকরগী মহুং চনবনি, রূপ-গুণ মাধুর্য্যগী মহাসমুদ্র ওইরবা ইবুঙোহনা ঐগী সেবা তৌজকমনি' অমুম্না শ্রীভগবানগী পার্ষদ, রূপ, বিগ্রহনচিংবা ভগবদ্বিগ্রহদা প্রেম পোকচরবদি, প্রেম অহুবু বন্ধন অমসুং মোক্ষদগী হেনগ্রবা 'পুরুষার্থচূড়ামণি' কৌই। মাহু ওইরকপগী ক্রম (মথং মনাও) হায়রকনি। অহন্তা, মমতা (ঐ অমসুং ঐগী) হায়বা অমুক হুবিদাংগী লমচৎ (বৃত্তি) অসিদা

য়াম্না চত্থিল্লগা "সংসারদা লৈনা লৈনা বৈষ্ণব ওইগে, শ্রীভগবানবু সেবা তৌজগে" হায়না নিংজহনা শ্রদ্ধা থরদং পোকচরবদি, পোকপগী মহৈ য়ানবা য়াবা মনম থজিক য়াওরবা অহুত্তম্বা জীবহু ভক্তি কংবগী অধিকার লৈরে। মথংদা সাধুসঙ্গ তৌজরগা মথক্তা হায়রিবা মনমহু থরা কনখৎলকই, অহুদগী নিষ্ঠাদি য়াওদবা ভজন ক্রিয়াহু হৌরগা অহন্তা মমতাদা মচেৎ ওইনা, তৌরিবা সাধনাহুদা মপুং ওইবা বৃত্তি পোক্লকই। ভজনক্রিয়াদা নিষ্ঠা পোক্লবা মতমদা মরু ওইবা পরমার্থ বিষয়দা শরুক অয়াম্বা অমমুং ব্যবহারিক বিষয়দা চাওরাক্কী মওং ওইরকই।

রুচাবুৎপন্নায়াং পরমার্থ প্রাথিকী বৃত্তির্ব্যবহারে তু একদেশব্যাপিনী। আসক্তৌ জাতায়াং পরামর্থে পূর্ণা ব্যবহারে তু এবাত্যন্তিকী গন্ধমাত্রী। ভাবে তু পরমার্থে এবাত্যন্তিকী. বৃত্তির্ব্যবহারে তু বাধিতানুবৃত্তিন্যায়েনা-ভাসময়ী। প্রেমণি তযোরবস্থায়মতযোর্বৃত্তি পরমার্থে পরমাত্যান্তিকী ব্যবহারে বৈকাপীতী এবঞ্চ ভজনক্রিয়ায়াং ভগবদ্ধ্যানং বার্ত্তান্তরসন্ধি ক্ষণিকমেব! নিষ্ঠায়াং তদ্ধ্যানে বার্ত্তান্তরাভাসঃ। রুচৌ বার্ত্তান্তররহিতমেব তদ্ধ্যানং বহুকালব্যাপি। আসক্তৌ তদ্ধ্যানমতিসান্দ্রম্। ভাবে ধ্যানমাত্রমেব ভগবতঃ স্ফূর্ত্তিঃ। প্রেমণিস্ফূর্ত্তৈবৈলক্ষণ্যং তদ্দর্শনকেতি।

মাধুর্য্যবারিধেঃ কৃষ্ণচৈতন্যাদুদ্ধতৈঃ রসৈঃ।

ইয়ং ধিনোতু মাধুর্য্যময়ী কাদম্বিনী জগৎ॥ ৩॥

ইতি শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি-বিরচিতায়াং মাধুর্য্যকাদম্বিন্যাং পূর্ণমনোরথো নামাষ্টম্যমৃতবৃষ্টি॥ ৮॥

সমাপ্তেয়ং মাধুর্য্যকাদম্বিনী॥

রুচি পোকলবা মতমদা মরু ওইবা পরমার্থ বিষয়দা হেনক্তিনবা অমমুং ব্যবহারিক বিষয়দা মচেৎ ওইরকই। মমৈদা আসক্তি

পোকনবা মতমদা পরমার্থ বিষয়দা মপুং কাবা অমসুং ব্যবহারিক বিষয়দা হেনজিনবা ওইরকই। অদুবু ব্যবহারিক বিষয়দা তৌদবা রাদবগী তৌবনি হায়না মপাম্বোংগী ওইরকই। প্রেম পোক্লবদি অহন্তা মমতা বৃত্তিছু পরমার্থ বিষয়দা পুমলপ লুপখ্রে অমঃ ব্যবহারিক বিষয়গা মরী ফাওবা লৈনদ্রে। মতৌ অসুম্না ভজঃ ক্রিয়ানা হৌগৎলকপদদি শ্রীভগবানগী ধ্যান অসি মপানগী রা মনম য়াওরি অমসুং শুহাক শুহাক্কুগী ওই। নিষ্ঠা পোক্লব মতমদদি মপানগী রাসি লৈজে হায়রবছু শায় মরী ফাওজে, রুচি পোক্লবা মতমদনা স্বপলৈ লৈতহনা ধ্যান্দু মতম কুইনা তৌঃ য়ারে। আসক্তি পোক্লবা মতমদদি ধ্যান অদু মরা চেৎলে, ভাব পোক্লবদি ধ্যান্ত তোরকপদা ভগবান্না স্ফূর্ত্তি ওইখিরে। প্রেমদসু স্ফূর্ত্তিগী মওংদা শ্রীভগবানবু দর্শন কংজে।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক ওইরবা মাধুর্য্য সমুদ্রদগী কংজরকপা রসন মাধুর্য্যগী মশক ওইরবা নোং পুবা লৈচিল (কাদম্বিনী) অসিন ভেংবানববু পেলহনবা ওইরসনু।

শ্রীশ্রীমহাপ্রভুনা রসামৃত খিবিকী মূর্ত্তিনি। ইবুঙো মহাকী মহামাধুর্য্যগী মশক ওইরবা লীলা সমুদ্র অদুমক্কুগী মাধুর্য্যকাদম্বিনীদা লেংলিবা বিষয়গী অনুভব তৌজগদবা ওই। মরম অদুনা ইবুঙো মানা শন্দোকপিরব্বা লীলা মাধুরীদগী থোরকপা মাধুর্য্যকাদম্বিনীগী অমৃতছু খিকপদা তাপ মথল অহুম্না চারুবা ভেংবানবসি ঈংগনি হায়না গ্রন্থকারনা আশা তৌজরি।

শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা লেংবা মাধুর্য্যকাদম্বিনীগী পূর্ণমনোরথ কৌবা নিপানগুবা অমৃতবৃষ্টি লোইরে। ৮।

মাধুর্য্যকাদম্বিনী লোইরে।